## বাহৈ খরদং

মীওইবগী রাখল হায়বসি উরুবা তারুবদগী অয়াম্বা রাখল পাল্লকই। অসিগুমহুনা লিলা মচা অসিগী রাখল অসিসু ংশোক ১৯৭০ ইং আগষ্ট থাদা মণিপুরদগী শিলচর, শিলচরদগী গৌহাটি য়ৌবা প্লেন অমা খুদোং থীবা থোকখিবা অচুগী মরমদা লুক্লিংদা রাখলগী ঈপোম অমন সন্না ইথিল ওইদুনা লিলা মচা অসি ইবা হৌজখি।

মরু ওইবা অমনা তৌজিক্কী সমাজ অসিগা চাননা থোই-দোক্লা লিলা অসিনা মরু ওইবা মচাক কয়া অমসু উংলি।

অরোয়বদা লিলা অসিবু মু‍্শিবীদুনা মণিপুর সরকারগী ইড়ুকেসন বিভাগনা পেলগী মতেং পীবিরক্লুনা লাইরিক অসি ফাংবদা উপায় তৌবিরকপগীদমক পুকচেল চাউরবা সরকারবু থাগৎচবগা লোয়ননা ঈবাইখুম্নবা উচ্চরি। অদুগা পাবিরিবা পুকচেল চাউরবা (চাউরবী) শিংনা পেন্দবা নুংঙাইতবা পুম্নমক তাকপিরক্লবসু হরাও হরাও লৌজগনি।

অদোমগী

শ্রীধনঞ্জয় শর্ম্মা

ব্রহ্মচারি

রাপোই।

## লিলাদা চঙগদবা মীশক

### নিপা

১। শ্যামলাল – চহি ৩৫/৩৬ রোম শুরবা লাইরবা নিপা অমা।

২। কমল—চহি ৩৯/৪০ ওকয়া শুরবা ইনাক খুনবা নিপা অমা।

৩। তোচা—পাগুল রিক্সো থৌবা শ্যামলালগী মনাওগুম্না তিম্নবা অমা।

৪। কুমুদ—চহি ৫০ রোম শুরবা অহল অমা।

৫। তোমপোক – মীনায় (কুমুদকী)।

৬। নুংশি—মপান কয়া থোক্তবা পাখঙ অমা (তোমপোক্কী মরুপ)।

৭। কান্তসিং—ঠিকাদার।

৮। বীরেন—শ্যামলালগী মচা চহি ৫/৬ শুরবা অঙাং অমা।

### নুপী

১। ললিতা – শ্যামলালগী নুপী।

২। শান্তি – শ্যামলালগী মচানুপী চহি ৫/৬ শুরবী।

৩। বাসন্তী—কুমুদকী মচানুপী চহি ১৮ শুরবী লৈশাবী অমা।

---

মমল লুপা ২·৭৫ পৈশ

# পুন্সি লালফম্

অহানবা শরূক
(১বা উৎপা)
মফম—স্কুল

[ শ্যামলালগী য়ুমনি। য়ুমসি রাচেৎনা ফক্লাং খায়। রাই তৈরবা ফক্লাং অত্তু মচি মচিদা লৈবাক কীন্থবা উরি। মল্লবা লাই (Picture), অমা অনি থেৎপা উই।

"ললিতা দেবী শ্যামগী মুপীনি। অরা-অনা কয়া নংলবীনি। মাঙ্গোলদা ফম্লদুনা ফি ফোৎলি। মশক্তি নঙানি। অদুবু লৈত-লাইর ওইবদগী অহল ওইরবী মোত্তাই-চুদাইনরবীনি। মচানুপী স্কুল কাথ্রি। মচানা চাক চাখিদবগী রারি। অদুগা হৌজিকী থোংনিংডাই লৈত্তবগীস্ত রারি।]

ললিতা—করিনো তৌরিবা অসিবু মুমিৎ আ য়োৎখ্রে। মুপীমচা স্কুল কুমলক্লগনি। লাকপগা চাক চাগে হায়ররনি। এনা করি থোংলগা পীজগনি? ও! তোল্লিদা লাইরবগী মপোক! মহাক অদুনা হৌজিক ফাওবা য়োৎক্ত্রিবা অসিনা করিনো? হে ঈশ্বর, নঙনা করি তমলিবা....!
( শান্তি চঙলকই ) ইবেম্মা, নঙ লাক্লবরা?

শান্তি—ও....ইমা চাক লোইরবরা? এ চাক লাম্মেবু।

ললিতা—চাক ····! নঙগী চাক ইমানা থোংবিরগে ঙহাক্তদা লোইনিদা। য়েংঙোই নঙ' ইবুংঙোমচা ফমুংদা লৈবনি শান্নরম্মু, ইমা ঈরুজরুগে। অদুগনে. নঙগী পাবুংনা মিঠাই য়ান্না লৈরক্কনি। মিঠাই চারোইদ্রা?

শান্তি—মিঠাই, পাবুংনা ইস! শাউনিদা. ঐ চ.গে, ইমা নঙ চাক থোংঙ্কো। ফরে অদুদি, ঐ ইবুংঙোমচা শান্নরুখিগে? অদুগা ইমা, চাক্তি থুনা লোইয়ুকো।

ললিতা—লোইনিদা থুনা লোইনিদা, চঙলো চঙলো।

( শান্তি হরাওনা চঙখি )

ললিতা—ওন্থোকপনিদা লাইরবা! করি থোংনি। ঐনদি ঙহাক্তদা চাক লোইরনি হায়দুনা লাংলবা মপুক অদু হরাও হরাও চঙখ্রি। ঐনা হৌজিক করি উপায় তৌগনি? মহাক অদুম্ভু লাকহিদ্রেদা করি তৌরবনো? লম্বা লমখাংদা করি খুদোং চাদবা থোক্লবনো? অঙাংনদি চাক লাম্মে, লাম্মে! ঐনা করি থোংদুনা পীজবা! ও!···· (খনবা, শ্বর মপী হোনবা। মতমসিদা কমল ফিংনা চঙলকই। ইনাক-কৈরাক থুনবা মীনি। শেল থোবা লাকপনি)।

কমল—আ···· ইবেম্মা, ইবুংঙো শ্যামবু লৈব্রা?

ললিতা—তাইবুংঙো, চৎথোকখি। ফিদা···· ( চঙখিবা, ফিদা লোথোকউদুনা থাবা))।

কমল—ফরেদা—ফরেদা। ( ফমই )

ললিতা তাইবুংঙোনা লেঙঙকপবু, করি তাকপীগদবা ?

কমল — অ — ইবেম্মা ঐনা লাকইবসি অতৈগী নত্তে। শেল খর অদুগীনি। হন্দক্তি নখোয়গী তাইবুংঙো ঐসে শেল খর চিল্লে। তোদবা য়াদবা ঙাক্তা ঙাম্বরদুনা ইমুংদা পৈশা তরা ফাওবা তূংদুনা লৈবা ঙমদ্রে।

ললিতা — মান্নি তাইবুংঙো ঐখোয়সু খরা থিৎ খুদোং চ'দ্রবুনা·····।

কমল হোয়, অদুদা খন্দুনা য়েংঙ্দো, অস্তুক চাউগ্রবা য়ুম অসিদা লাইবকথীবা ঐ নত্তুনা কনা অমত্তা য়ুমদা লৈদ্রে, য়েংউ, হৌজিক ঐনা শিবা থোক্লো, কনাদনো ঐনা লল-থুম, য়ুম-কৈ অসি শিন্নরমগদবা ? ইকায় হন্জোইদনা হায়রবদা নুপী নহা থিগদবসু মতম্‌সিনা ইকিদা কিজরে। শেংনা হায়রবদা ইবেম্মখোয়গুম্বী নুপী গুইরবদি ঐগী লৈরিবা লন-থুম পুন্নমক অসি লোইনা মমিংদা পানবীগদবনি। অদুদা ইবেম্মখোয়গুম্বীদি ঐগী লাইবক অসিদা থোক্ল-রোই। লৌথোক্কে চাথোক্কে হায়বা নত্তুনা কনানা লৈবিগদগে ? য়েংউ, ঐবু চহি কয়া য়াম্মে হায়দুনা তৌরিবনো ? মদুগীদমক ঐনা ইকাইবা-হন্জোইবা নত্তে। নখোয়গী ইবুংঙোদগী ঐনা চহি ৪ দনি হনবা! অদুবু ঐগী থম্মোয়না শুকয়া য়ানিংদে।

ললিতা — অচুম্বনি তাইবুংঙো।

কমল — অদুনা শিদ্রিঙৈ অসিদা শেল-থুম পুন্নমক অসি পূল্লপ খোমজিল্লগা কম্রিগুম্বা থবক অমদা পুন্সিগী লেঙদনা

লৈগদবা অমদা শিন্নরম্নগা তীর্থ কোয়গ্রগে তৌবনি। অদুনা য়ারবদি খরা থুনা ঙসি হয়েংসিদা পীনবা খরা হায়য়ুনে। ( মতমসিদা শ্যাম চণ্ডলকপা, কমল উবদা অমুক খণ্ডহন্দনা চৎকে তৌবা, কমলনা উরকপা )।

কমল—আ—ইবুংঙো শ্যাম অমুক্তা লাকখো।

শ্যাম—আ—আ ( ইকাইবা, শল তানগে হায়শন্নবা ) তাইবুংঙো, লৈবিরম্ — শল অমুক্তা তাঞ্জরুখিগে। ( থোকখিবা—শল তানশিন্নরুরগা চণ্ডলকপা) তাইবুংঙো লেঙবীরকইত্রা?

কমল— ইবুংঙো, ইয়াম্বা নঙ উনগে হায়দুনা ঙাইরম্মীবনি। ইয়াম্বগী করিগুম্বা অচিনবা অমা লৈরে।

শ্যাম—তাইবুংঙো!

কমল—শ্যামলাল, ইয়াম্ববু শাউবা য়াবা রাক্ষম নত্তে। নঙ লৈতে হায়বা ইয়াম্বা খণ্ডদবা নত্তে। অদুবু য়াদবা মতাং অমা থোক্লদুনা তৌবনি। য়ারবদি ইয়াম্বগী শেল অদু....।

শ্যাম—তাইবুংঙো, করি হায়না খুন্নসিগে। লাইরবা হায়বসি ওন্থোক্লা তোনখ্রে। হায়রুবা খুদিংমক ওইদবা তারগনি। অদুবু তাইবুংঙো হন্দক শেল খরা ফংগদবা লৈজে। মদু হেক ফংবগা অঙম্বা খরা শেংদোরবা তৌজগে।

কমল—শেল কয়া ফংগদবা?

শ্যাম—তাইবুংঙো, রেডিওদা ঈশৈ খরা শকখিবা অদুগী য়াম-দ্রবদা লুপা ৪০/৫০ দি ফংনীংঙাই লৈ।

কমল—হাঃ হাঃ ( নোক্কুনা ) লুপা ৪০/৫০। লুপা ৮০০ শিংগদবা অদুদা লুপা ৪০/৫০ অদুনা করি তৌগদৌরিবা?

শ্যাম—চুমই, অদুবু তাইবুংঙো উপায় লৈতদুনা হায়জবনি। খরা খরা ফংজবা অদু অদুম তাইবুংঙোদা শিংনবা তৌজগে।

কমল—ইবুংঙো শ্যাম, তৌমু তৌমু। য়েংউ নঙগী ইংখোল অসি ইয়াম্বনা ফজ্রবদি নহান্না লৌবা য়ারবনি। অদুবু ইয়াম্বা মদু তৌনীংদে। ইয়াম্বগী শেল অদু থুনা হন্দোক্লবা তৌ। ( শ্যামনা পায়বা চেঙ ময়োম অদু উবা ) করিনো অদুদি শ্যাম ?

শ্যাম—( ইকাইনা ) অঃ তাইবুংঙো অঙাংশিংগী করি করি ....।

কমল—মীগী শেলদি শিংদোক্কনা করি করি চান-থক্লবদি লৈরিবকো। কদায় য়েংগে ? তৌশিন্নবা মাল্লি শেলগ কা ওইরমগনিনে।

শ্যাম—এঃ তাইবুংঙো, ওন্থোক্লা থাজবিদ্রেদা। মসি য়ারবদি.....।

কমল—অদুবু করি তৌবগে ? পুক্লিং শেংনবা য়েংবদি য়াইদনা হাঃ কদায়—( লৌবা, থোকপদা চেঙ খর লৈপাক্তা তারকপা কমল ইকাইরপ তৌবা )।

শ্যাম—তাইবুংঙো, পুক্লিং পেনবিরব্রা ?

কমল—শ্যামলাল ! ইয়াম্বা ঈকাইবা নংলে। ইয়াম্বদি শেল ওইরমগদ্রা হায়দুনা তৌবনি। ইয়াম্ববু শাউগনু, ফরে—ইয়াম্বা য়োরগে। ( চৎথি )

শ্যাম—ফনি তাইবুংঙো........। লাইরবগী অরাবা অমুক লোইবা নত্তে। ইমুংদনা লৈকাইগী শেল, মপান্দনা দুকান্দারগী চেঙ-হরাইগী শেল কদায়দনো ঐনা চৎকদবা ?

ললিতা—ইবুংঙো ( চেঙ খুঞ্জিনবা ) ঈশ্বরনা তম্বনি। ইমুংদা লেঙশিনখীরো। ফি-রোল হোংদোক্লবা তৌবিরুরো।

শ্যাম—ললিতা! চেঙ অদু চরা ফারোই, অরৈবা খরা অদু থোংলগা ইবেম্মগা নঙগা চারো। ঐগীদমক্তদি থাকউরনু।

ললিতা— ইবুংঙো, আ—আ····নুপীমচাদি চাক চাদুনা তূমখ্রে। অসিনা ইবুংঙোনা ফংনবা তৌবিরো। ঙাইহাক্তদা লোই-গনি। চাইথনবা তৌবিরুরো।

শ্যাম—ইবেম্মবু চাক চাদুনা তূমগ্রবা········ ও। ( মতমসিদা শান্তি মমিৎ নোইরদুনা থোরকই )।

শান্তি—ইমা, চাক লোইদ্রিবরা? চাক লাম্বনা শিগদৌরে।

শ্যাম—( শাউনা, খাঙবা ঙমদনা লাউবা ) ললিতা ···· ···· অদুরা? ও··· ( নুংঙাইতনা মপি তাদুনা ) পীক্লবা অঙাং অসিঁবু হৌজিক ফাওবা চাক পীজদ্রিবা। অদুগা করিগী নঙনা ঐঙোন্দা ওইদবা হায়রিবা?

ললিতা—( কপ্পা কপ্পা ) ইবুংঙো. ননাই নুপীনা ওইদবা হায়জবদি অতৈগী নৎচদে। ঐহাক্না চরা হেঞ্জরগা ঐগী শরূক অদুনা ইবুংঙোনা ফংলগা অরেম্বা অহুনা ইচাগীদমক্তা হায়দুনা ওইদবা রা হায়জবনি।

শ্যাম—ললিতা ( নুংশিনা ) ও········ ঐ লানখ্রে। ঐগী রাখল লানখ্রে। নহাক্না ঐ চাররোই হায়বগী রাদুনা নঙগী শরূক অদু ঐবু পীজনবা, ও········ হে ঈশ্বর।

ললিতা—ইবুংঙোদি চাক চানীংদে হায়দুনা চরা হেক্তা হেল্লি। মত্থু ননাইনা য়েংবা মুংঙাইজদদুনা তৌজবনি।

শ্যাম—ললি! লাইরবা হায়বসে অসি ঙাক্তনিনে। ঐনা নঙ অমমুং ইচাবু পুক থল্লোইদ্রা হায়না ৱাবা, নঙনসু ঐ অমসুং ইচাগীদমক্তা, য়েংঙু, মুংশিন্দ্রা সংসার অসি!

ললিতা—ইবুংঙো! চাক থোংজরুরগে। মুপীমচাদগী অরেম্বা অত্থু চখোম অমত্তুং ওইরবসু হুকপিয়ু। ননাইসু চখোম অমত্তুং ওইরবসু হুকচগে।

শ্যাম-ফরে ফরে, থোংলুরো। চাক চখোম অমত্তুং ফংলবদা শিবা য়াবা হৌনদে। (ললিতা চঙখিবা, শান্তিদা) ইপাগী ইবেম্মা, শান্তি! নঙবু চাক য়াম্না লাম্লবরনে?

শান্তি-বাবা (পি ইরা চেন্দুনা মপাদা মুন্না য়েংলগা) (লাম্মে হায়বা ঙমদবা) চাক লামদেদা—ঈশিং খৌৱাংবনি।

শ্যাম—ইপাগী ইবেম্মা! (কোন্দুনা মরায়বক্তা চুপ্পিবা), (কপ্না কপ্না) য়েংঙোই, ৱাগনু! নমানা চাক লোইরক্লগনি। ইপানা লাইরবনিনা ইচাবু মতম চানা পীজবা ঙমদ্রে। য়েংঙু! নমান্নবা অতৈদি স্কুল কৃয়কপগা চাক চাদুনা শাম্নখ্রবনি। নঙদি চাক লৈত্তবনা তূম্বা য়াদ্রে। ও.... (কপ্না) ইচানা চাক্ লাম্না লাম্না মপা-মমাবু নুংশিবদগী চাক লামদে হায়বা, কাউবা ঙম্লরোইকো।

শান্তি—পাবুং! ইমানা চাক লোইরক্লনিকো।

শ্যাম—ইচা চাক লাম্মে নত্রা? চানি—চানি, নমানা চাক

লোইরগা হাউনা চানিকো। ( মচাবু লণ্ডন-লণ্ডননা ঈশৈ শকই )।

## ঈশৈ

অঙাং নরা ওইরিঙৈ,
চেন-চোংদুনা শান্নবা
নীংশিংলকই মতমদু।
× × ×
কৈথেল কাবী শান্নবা
চেগাই মচেৎ চফুগী
লৈদুনা চাবা ঙামোক
লৈঙোয়না শাবা কবোক
উনা-রানানা শেম্বা
য়েনশাং-নাপী অশংবা
কাউই অরাম খোৱাংবা
নীংশিংলকই মতমদু ॥
× × ×
সংসারগী অরা-অনা
অফ-ফত্ত কয়াস্থু
নীংশিংথিদে মতমদু
লায়গা চানি
লামদ্রিমথৈ শান্নে
নীংশিংলকই মতমদু ॥

( ললিতা থোঙদা থোক্লুনা মোমোন নোক্লুনা তারী )

ঘেংলগা কৌরকই—ইমানা

ইমানা ( তরা ) চাক লামগ্রিব্রা ?

ইমানা চাক লোইরে

কয়াদা হরাওনা চাবা

নীংশিংলকই মতমদু ॥

ললিতা ইবেম্মা, ইমানা চাক লোইরে। চাক চাররো ইমাগী ইবেম্মা।

শ্যাম—তো, ইমানা চাক লোইরে কৌরক্লে। চারুরসি চাক হউনা।

( হরাওনা মচাবু থেমদুনা—নোক নোক্লুনা চঙখিবা )।

—লাইট ওফ—

---

## অহানবা শরূক

## (২শুবা উৎপা)

## মফম—লম্বী

[ কমল—রিকশো রালাগা মরৈ য়েৎনদুনা চঙলকই। পৈশা পীবদা, রাৎলি.রাঙেগী মরমদনি। কমলনা শেল শুনা পীদবননি ]

রিকশোরালা—তাইবুংঙো, মসি তৌবীয়ু। পৈশা হরা খাঙ্গীয়ু।

কমল—করি অমুক তৌরবগে ? থরা ফংলবদি হেকমক চৎখ্রো ; মতম মাঙনবা করি কান্নবা।

রিকশো—করি য়ানো ? অস্তুক থাপ্পা লাক্লগা শিকি অমা পীরগবু ! কায়দেদা, সে, থরা হাপ্পীখো।

কমল—শিকিদুস্থ য়াম্মনখ্রে ! মদুবু পাক হেক ফংবা য়াব্রা ? মসিদি ............ !

রিকশো—করি য়ানো ? পীফম থোকপা পশাদি পীবিদে অদুগা শিকিসিমকস্থ য়াম্মনখ্রেয়ে ? মসিদি লৌদ্রবস্থ য়াই।

কমল—হৈ ! মীগী মমাঙদা শত্রে, চংলে চংলো।

রিকশো করি' চংলুনি নহানস্থ তাইবুংঙোগী থোঙ্গাল ফাওবা থিলহল্লে, অদুগা শিকি অমথক পীরম্মগা ভাওশনস্থলা চঙখ্রে। ঙসিস্থ শিকি অমথক পীরিবসিবু করিনো ? ঙসিদি শুকয়া য়ারোই।

কমল—উম, নঙনা এঙোন্দগী ফংলরোইদবা শেল অদু তাল্লিঙৈদা নমান্নবশিংনা আ য়ৌনা চংখ্রে। নঙদি সুম মাঙল-গদবনে। হৈ—চংলু, শেলদুম তাল্লুচো চংলুনে।

রিকশো—চংকে চংসনু, চংলোই হে কসনু। তানসনু মখোয়স্থ মপাঙ্গলগীনি। ঙসিদি তাইবুংঙোদগী শেল লৌদ্রিমখৈ চংলোই।

কমল—হৈ, মীনা চংখ্রো হায়রবদি কোক চংখ্রো। নঙ ঙসি য়েংউ !

রিকশো—এঃ। ফুবিগে হায়রিবরো ? সে, সে ফুবিয়ু, ফুবিয়ু।

কমল—হায়, চঙশিল্লকনু শোক্তনিনে। ( হন্দোকপা। )

রিকশো—এঃ মসিদি তাপ হেক কোনববু, ( কোনগে তোবা )।

কমল—হায়, চংথোকউনে, মসিদি ( চোংথেকপা )।

রিকশো—এঃ শেংঙেহে ! ঙসাই রিকশোদা তোংমিন্নবত্নদদি মাং-
বিহৌগ্রগা ?

কমল—হায় অপঙ ! মত্নদি দোল ই তোংবগ্গা মান্নৈ হায়না শাস্ত্রনা লাউরিব্বনিনে । করিগী মাংলুনি ।

রিকশো - এঃ মসি দোলাই ওইরে । তোন্নু, মাংনীংলগা হেক মা'বা, মাংনীংদ্রগা হেক তোকপা, নত্তে মত্নবু করম্বা ধর্ম্মনে ? কান্নদেসে, ঐগী শেল পীরো থেঙ্গেসে ।

কমল—মসিদি কাউবরা হায়রগা চেক্কা হায়রকইনেহে । হায়—
চৎলো চৎলো শেলদু ফ লরোই ।

রিকশো---মত্নচনে,--- তাইবুংঙোবু ঐনা শাউনীংলক্লুনা য়েগ দৌরিবসে ।

কমল—লাউ, লাউ ফুরো লাউনে ।

রিকশো ফুনি ফুনি, সেরা ! ( মফি শেম্বা ) মতমসিদা শ্যাম চঙলকপা ) ।

শ্যাম – করি তৌবীরিবা তাইবুংঙো ?

কমল এঃ ইবুংঙো শ্যাম, মসিগী রিকশো রানাসি উশিংতে । ফুগে তৌরিবনি ।

শ্যাম – করি করম তৌবগনো তাইবুংঙো ?

কমল—শ্যাম, অসিদগী অসি ফওবা লাকপদবু লুপা অমা পীবু হায়বা অদুদা ঐনা শিকি অমা পীরগা মাগুম্বনমু ঐবু ফুগে-গাইনা ।

রিকশো—এ: তাইবুংঙো, কয়াদা ওইদবা ঙাঙলিবনো!

কমল—করি! নঙগুম্বনস্থ ঐবু ওইদবা হায়বা? সেরা—মসি (ফুগে হোৎচিনবা)।

শ্যাম অমুক্তা ঙাইবিখো তাইবুংঙো! (খাম্বা) হায়, (রিকশো রালাদা) হায় তোচা, চৎলো চৎলো।

রিকশো—ত চৌ, মানা ঐবু……..!

শ্যাম - খঙঙে, ইয়াম্বা ভাব তারে; চৎলো চৎলো।

রিকশো—উম, নঙ তাচৌ লাক্লম্বগী তৌবনি। নত্রবদি খজদবনি, (চৎখি)।

কমল - হায়, ইয়া! কয়াদা উশিত্রিবনো, হায়—লাকখো-লাকখো।

শ্যাম তাইবুঙো তোকপিরো তোকপিরো (রিকশোরালাদা) হায় তোচা, য়ৌরো, য়ৌরো।

কমল - মাগুম্বনস্থ উশিত্তবা হায়দবু। মশক খঙদবা শারদনা।

শ্যাম - শাউবিরুরম্ব তাইবুংঙো খঙদদুনা তৌরিবনি। করিগুম্বা অমতা তাইবুংঙোদা হায়জগে হ.য়দুনা তাইবুংঙোবু থিজরক্রিবনি।

কমল করি হায়নী'বা ইয়াম্বদা?

শ্যাম— তাইবুংঙোগী শেল অদুস্থ ঐনা শোয়দনবা লংফৈদগী থোরক্লগা শিংজগে। মতম খরদংদি ঙাইবিরম্ব হায়জগে তৌবনি।

কমল— নঙবু মতম খর লংফৈ চৎলগা শেল তাম্লুথিগে হায়বা?

শ্যাম - তাইবুংঙো।

কমল—উম, নহাক্কী য়ুম-ইংখোল অসি বন্ধক্ত। লৈবা অসি ঐস্থ য়াম্না নুংঙাইত্রবনি। য়ারগা হন্দোকচরো, য়াদ্রগা ইয়াম্বা শেল খরা হাপলগা 'স্থম লৌরগে তৌবনি। অদুবু নঙনা শেল খরা তাল্লুখিগে হায়রবনিনা য়েংদবা য়াবয়দো।

শ্যাম য়াম্না নুংঙাইজরে, তাইবুংঙো। তাইবুংঙোগী কৃপাদগী য়ুম-ইংখোল অসি কায়দনা অমুক্তংদদি ফংহনবিয়ু।

কমল—করিগী ফংদনি। হৌজিকস্থ ইয়াম্বদি কায়দে। হনদোকচৌ হায়রিবসিনি। তৌবদবু খরা থুনা পাম্বগী তৌবনি। হন্দক অসি ঐগী হচিনবা খরা লৈরে অদুননি।

শ্যাম—খঙজরে। ননাগুনা লংফৈদগী থুনা থোরক্লগা শেংদোক্লবা তৌজগে। মতম অহ্ন ফাওবদদি ঙাইবগী-ঙাইবিবা—ঙাইবিবা তারে।

কমল—হোয়—হোয়, ইয়াম্বা ঙাইরগে। অদুগা নঙস্থ খরা থুনা শিংনবা তৌরকউ।

কমল—অরেম্বদা শেল মাঙহল্লক্নু।

শ্যাম—তাইবুংঙো, অদুগনে, ঐনা হায়জরমগদবা অমনা ঐনা চথোকগ্রবদি—অঙাং ঙাক্তা লৈহৌরেদো অদুনা অরাৎ-অপা খর মথৈস্থ য়েংশিনবীরম্মু। ঐনা থোরক্লগা তাইবুংঙোগীদু লোইনা শিংজগনি।

কমল—অদুবুদি ঐনা করিগী তৌরোই। করিমত্তা চিংনগনু, হোয়—নিপামচাগী থৌদাং অমুক্তং য়েংলুবা ফে। লাইবক্লা য়াদ্রগা য়াদ্রেদনা।

শ্যাম—অচুম্বনি তাইবুংঙো। অদুদি ঐস্ম য়ৌজরগে।

কমল—ফরে, ফরে— চৎলো চৎলো। ঐস্ম মরক মরক্তা চিঠি থারক্নি।

শ্যাম—ক্নি ; তাইবুংঙো ( চৎখি )।

কমল—ফরে, চৎলো—চৎলো।

—লাইট ওফ—

---

অহানবা শরূক

ওশুবা উৎপা

মফম—শ্যামলালগী য়ুম।

[ শ্যামলাল ইমুংদগী কুরিং বুদাম পান্দুনা থোরকই। ললিতানা খাউ অমদা ফিরোল হাপদুনা থোরকই। অতাং অমম্ব পোরি ]।

শ্যাম—ললি ! ঐনা হন্না হন্না হায় হায়দুনা নঙ শাউগনু। ঐ কুইরক্লোই, থুনা লাক্নি।

ললিতা—ইবুংঙো।

শ্যাম—অদুগা ঐনা হায়রমগদবা অমনা— চরা হেনবনা থবৎ তৎলবা ফাওবদা মীগী মপোৎ পায়মোইদবনি। মীতোন্দগী নিদুনা চারোইদবনি। নঙনা ওম্বা উপায় অমা য়েংদুনা হিংনবা হোৎনরমগদবনি।

ললিতা—ইবুংঙোগী মায় চোপ্পবা ননাই মুপীনা থরাই থারবা ক্ষাওবদা তৌজরম্মোই।

শ্যাম—অঙাংশিংবু মপূক মুংশিহনগনু। লাইব্রিক তম্বা তোক-ক্ষনগনু। ঐনা হেক থুংবগা শেল থারক্কনি। মদুনা মতম খরা লেন্নবা হোৎনরম্মু।

ললিতা পূম্নমক ঐনা ক্ষনবা হোৎনজগনি। আ—ফি-রোল অসিদা লৈরে। (পীবা)

শ্যাম—ও, ক্ষরে-ক্ষরে। (মনুংদগী শান্তি থোরকই)

শান্তি—পাবুং! কদায়দা চৎকদৌরিবনো?

শ্যাম—ইবেম্মা, ইপা করিস্ত চৎলোই। য়েংঙোই স্কুম চৎ-থোকউগে তৌবনি। ইপা করিস্ত চৎলোই।

শান্তি—(মপাদা কোল্লগা) ঙস্মোই কৈস্ত, চৎখিনু।

ললিতা—শান্তি, নঙ' পাবুং করিস্ত চৎলোই, কৈথেলদা চৎকদৌ-রিবনি। পাবুংনা কৈথেলদগী নঙগী হাউর-হাউরবা মিঠাই লৈরক্কনি। য়েংঙোই নঙ চারোইদ্রা?

শান্তি—(মমাদা) মিঠাই বা·········অদুগা ইবুংঙোমচাগীস্ত শঙ্গোম লৈরক্কদৌরিবা?

ললিতা—উম, ইবুংঙোমচাগী শঙ্গোম, অদুগা নঙগীনা মিঠাই।

শ্যাম—উম, নঙগী মিঠাই লৈরক্কনি।

শান্তি—অদু ওইরবদি চৎলো থুনা লাবউ; নঙ লাক্লিক্ষাওবা চাক চারোই।

শ্যাম—উম, পাবুং থুনা লাক্কনি। য়েংউ— ললিতা! ঐনা

মরুওইনা শিন্নরমগদবা হায়ববু অঙাং অনী অসিনি। মখোয়বু অরেম্বদা মাঙহনবা য়াদে। অনী অসিনা ঐগী পুন্সিগী লেঙদ্রবা লন অমনিকো।

ললিতা—ঐ লোইনা খঙজরে।

শ্যাম—অদুদি ঐ চৎলগে ( খাউ পায়খৎপা )।

শান্তি—পাবুং, ঐগী মিঠাই অদুগা ইবুংঙোমচাগী শঙ্গোম।

শ্যাম—উম, ইপানা শোয়দনা লৈরকনি। ( মচাবু কোল্লগা চুপ্পা )

শান্তি—পাবুং ঈশৈদি শক্লরোইদ্রা? নঙনা রেডিওদা শকপদু তানীংখ্রেবু।

শ্যাম—ঈশৈ! ইপাবু হৌজিক ( খনবা ), উম করিগুম্বা ঐনা ঈশৈ শক্লমদনা চৎখিবা থোক্লো তম্বা ঙমদবা থোদোক অমনা ঐবু তুংদা নীংঙমদবা য়াই ( পি ইরা চেল্লি ) ফরে, ইপা শক্কে= ইপা ঈশৈ শকনি। তারো, ইপা শক্লগে—

ঈশৈ

অঙাং নারা ওইরিবৈ
কৈথেল কাবী শান্নবা
চেগাই মচেং চকুগী

ঙামোক লৈদুনা চাখিবা
নীংশিংলকই মতমদু।

× × ×

থেঙলক্লে কৌরক্লে ইমানা
তরা চাক লোইরে।

তরা চাক লামদ্রিব্রা ?
লাউ-ইমাগী থাজ
নীংশিংলকই মতমদু ॥

( ঈশৈ শক্লা শক্লা থোকখি। ললিতা কপ্পা-কপ্পা য়েংদুনা লৈহৌই।

শান্তি—( মমাদা য়েংলগা ) ইমা নঙ কপ্লবরা ?

ললিতা—শান্তি, ইমা কপ্তে, ইমা কপ্তে। (মপি তৈথোকপা )
( তৈথোক-তৈথোক্লা ভারকই )

শান্তি ইমা কপ্লে, ইমা ! আঁ - আঁ ( মাসু মমানা কপ্পা উরগা কপই ) ।

ললিতা – ইমাগী ইবেম্মা ! ( কোন্দুনা কপ্পা ) কপ্লগনু তোকও -- তোকও। ইমা কপ্তে ( নোকশিন্নদুনা ) য়েংদোই পাবুংনা নঙগী মিঠাই অদুগা ইবুংঙোমচাগীনা শঙ্গোম নঙ চারোইদ্রা ?

শান্তি –( কপ্পীং কপ্পীং তৌনা ) মিঠাই চানীংই ।

ললিতা—চানি – লাকও, ইমাগা চারুরসি ( কোন্দুনা চঙখিবা ) ।

—লাইট ওফ—

## অহানবা শরুক

## (৪শুবা ইৎপা)

### মফম—লম্বী

রিকশোৱালা—(থোরকই) দাউ-হাইনা ময়াদ্রবদি উপায় লৈতে। অয়ুক চাকচন চাত্রনা থৌববু মথায় অমদগী হেন্না কংবা ভমদে। লাইরবদা লাই চঙই—হায়বদু শোমদ্রে। রিকশো ড্রাইভর এখোংসী হৈন্দবা কাংববু মী তোগে হায়দবসিনা মরোইরে। কান্নদে ভাইকাক্কুং পোথ খিগে। (ফমথবা)। (মনুংদা নিপা ১।২ পেৎ পেৎ খোংলকই)

নিপা—হায় রিকশো! রিকশো (খোংবা)।

রিকশো—করিনো বাবু?

নিপা—বাজার চৎলুসি লাউ, ভাইরবা!

রিকশো (মুন্না য়েংলগা) ও···বাবু মী লৈরে। ভাইজরিবিন।

নিপা—মী লৈরে! য়াম্রগা তোকউ। পৈশা লৌজো কাংববু। চৎসি ভাঙ্গ! (চৎখিবা)।

রিকশো—ফংনীংইদা বাবু, য়াম্দ্রনা তৌবনি। (য়েংলগা) নহারোল মথোয়সি কয়া হৈনদেনে। থৌবমথৈ থৌহল্লগা শিকি অমা পীরগা থৎনবা হেক্কা হেবা। অদুগী শরুকপুদি ফংদবা ফংদবগী ফংদবা, ফমত্রনা লৈথোকে। (ফমথবা)

শান্তি—(লাইরিক তম্বা কুমলকই। রিকশো ড্রাইভর উদুনা।) হাইমা কাকা! নঙদি করি তৌরি?

রিকশো- হায় শান্তি। নঙ স্কুল চৎলুব্রা ?

শান্তি— উম, য়ুমদা পারুবা।

রিকশো—নঙবু লাইরিক কয়া য়াম্না হৈরবগেনে।

শান্তি য়াম-হৈরে—কাকা, মিংস্থু ইবা ঙম্মে।

রিকশো- অদুদি য়াম্না হৈরেনা! ফরে-ফরে! ঙাইখো নঙবু চাক চাররুব্রা ?

শান্তি—কাকা ঐদি চরা ফাওবা রাল্লকত্রিবু। হোরেল পূম্না চাগদবনি।

রিকশো- চরা রাল্লকক্ত্রিবা! (ফুরিৎখাউ হূম্লগা শেল লৌথোকপা।) শান্তি, কাকাদি শেল য়াম্ন ফংদ্রিবে। য়েংঙোই শিকিসিমা লৌরো, শিকি অসিমনা কাকানা বিড়ি লৈদুনা থকে।

শান্তি- হুং, কাকা ইমানা শাউনিবো।

রিকশো—হায় অঙাওবী করিগী ইমানা শাউগদৌরিব ? কাকানা পীবদবু, সে লৌনে। কাকানা পীবনি হায়য়ুনে। পীবা)।

শান্তি— উম, য়াম্না ফরে (লৌবা) ইমানা হায়রিবা কাকা, ইবুংঙো-মচাগী শঙ্গোম লৈনীংঙাই লৈত্তে হায়দুনা মুরুম মুরুম শোল্লিবা। অদুদি মসিনা ইবুংঙোমচাগী শঙ্গোম লৈনবা।

রিকশো—হাঃ—হাঃ হাঃ ( নোকুনা ) শিকিদুনা লৈগদৌরিব ! হাঃ হাঃ- হাঃ অদুনা করি তৌরুনি? অদুদি নঙ ঙাংমোক লৈদুনা চারো। অদুগনে ইবুংঙোমচাগী শঙ্গোম অদু ঐনা হোরেল শেল য়াম্না ফংলগা লৈস্নুঙাইদনা।

শান্তি অতুদি য়াম্না ফরে। অদুগা কাকা ঐখোয়গী পাবুংনা মিঠ ইগা ইবুংঙোমচাগী শঙ্গোমগা লৈগনি হায়দুনা চৎখিববু শুক্রক লাক্কে। কাকা নঙবু থেংনদ্রা?

রিকশো—( অঙাংগী মরা ভাবদা সুংশিবা অমসুং নীংঙমদবা ) শান্তি ককাদি থেংনদেনে। লাকনিদা থুনা লাকনি।

শান্তি অদুদি কাকা ঐ চৎলগে। ( চৎখিবা )

রিকশো—চৎলো- চৎলো। য়েংঙোই শারোক মতাইদা চৎলুকো গাড়ী লাকই।

শান্তি—( মনুংদগী ) ও কাকা!

রিকশো—( য়েংলুরগা ) কয়াদা সুংশিঞ্জবনো! ঐবু জাৎ তিন্নদবনি খন্দ। তিন্নরুবা শঙনা ঐবু কয়াদা লুনা তৌরিব! অদুবু ঐনদি লাইরবা ওইবনা মখোয়গী মতেং পাংবস্থ ওমদে। ঐস্থ ঐনা লোংমতং পুশিনহৌদবদা চরা অদুম হেল্লবনি। ওসিবু ঐনা কদায়দগীনো তৌগদবসি। মরায়বক্না থীরিবদি ইতৈমা অদুস্থ খোম থোক্কে। চানীংঙাইগা লৈতবগা শঙ্গোমগা লৈবসিদা কয়াদা ৱারবনো?

( মনুংদগী খবর য়োনবা নিপা অমা চঙলকই )

নিপা— খবর, খবর, খবর লৈবিয়ু। নুংঙাই-নুংঙাইবা রা য়াম্না য়াওরে। ( বানান তৌদুনা পাবা ) য়ু থক্লুনা ঙাওশিল্লবদগী পুলিসনা ফাদুনা লূপা ১০০ ( চনি ) ফাইন তৌখ্রে। খবর, খবর, খবর লৈবিয়ু। ( অমুক পাবা ) সিনেমা হোলদা লম হেন্দুনা চুরুট থক্লম্বদগী লুপা ১০০ ফাইন

তৌখ্রে হায়রিনে খবর, খবর ( রিকশো ঝলাদা ) রিকশো ড্রাইভর নঙস্থ খবর অমা লৌদনা?

রিকশো—চেঙ চানীংঙাই কাওবা লৈত্রিঙৈসিদা খবর লৈদুনা পারগা লৈরসিরা?

নিপা—সুংঙাই-সুংঙাইরবা রা য়াম্না য়াওরিদা। শেল য়াওব্রবা করে, করে। ( অমুক পাবা ) ঙরাং মণিপুরদগী শিলচর য়োবা প্লেন অমা এক্সিডেণ্ট থোক্লুনা মী য়াম্না শিরে, মী খরস্থ থিবা ফংদ্রে। খবর, খবর (লাউদুনা থোকখিবা)।

রিকশো—কারি! হায়, খবর য়োনবা অমুক্তা লাকখো। খবর অমত্তা লৌহৌখিগে।

নিপা—( চঙলকপা ) ঙসাইনা সুংঙাই-সুংঙাইবা রা য়াম্না য়াওরি লৌহৌ হায়রেদনা ( পীবা। ।

রিকশো—কদায়। প্লেন তোংবা মী শি হায়বা খবরদু ( শেল পীবা)।

নিপা—'সিনি (পীবা, শেল হন্দোকপা)। খবর, খবর ( থোকখিবা)।

রিকশো—( য়াম্না পানীংবগা লোয়ননা য়েংবা, পাবা লোইরগা ) ইস! করিনো, হায়রিবা রা অসিবো? ঙরাং প্লেন তোংখিবা মী পুম্নমক শিরবা, খরা অমনা থিবা ফংদ্রবা! নত্তে, ঐগী তাচৌ অদুস্থ হায়রিবা প্লেন অসিদা তোংখিবনি। মহাকস্থ শিবদা য়াওথ্রবা! নত্তে, তাচৌবু শিরবা! তোচ', ইয়াম্বা মতম খরা লাইবক চাং য়েংলুখিগে হায়দুনা চৎখিবদা ঙায়রিবা অদুবু শিরবা! ও:—( কপ্পা ) নত্তে, ঐনা সিদা অস্থম রাবসিনদি কান্নরব্রোই।

তাচৌগী ঠিকাদারদা চৎলগা মরোল অশেংবা অমা লৌরু-দবা য়াদে। য়ুমগীনা য়ুমগী য়োকপা অল্লানা তম্বনি।

( থুনা চৎখি— )

—লাইট ওফ—

---

## অহানবা শরূক

### ৫শুবা উৎপা

### মফম—শ্যামলালগী য়ুম।

[ ললিতা অরাবা রাখল তৌদুনা ইমুংদগী থোরকই ]

ললিতা—করিনো, ঙসি ঐগী মঙ অদুবু! অহল-লমন লৈখিদবা মতমদা অমুকা মঙ অসি মঙখি। লাপ্না চৎখিবা ইবুংঙোগী করি অরাবা থোক্লবনো? হে ঈশ্বর, ননাইনুবীবু অরাবা কয়াদগী কনবিয়ুকো। নত্তে, ইবেম্মনা হৌজিক ক্কাওবা লাক্লিবা অসিনা করিগীনো? ঐবু পুক্লিং অসি তপথবা য়ারক্তে। (কৌবা) শান্তি! শান্তি! ইমাগী ইবেম্মা!!

শান্তি—ইমা, ইমা—ঐ লাক্লে। ( চঙলকপা )

ললিতা—ইবেম্মা, নঙ লাক্লবরা? করিনো থেঙলকইদা।

শান্তি—লম্বীদা কাকাগা থেংনরকইদো। য়েংউ, তো! কাকানা পীবা ( শেল উৎপা )।

ললিতা—নঙগী কাকানা পীবা।

শান্তি—উম, কাকানা পীবা! অতুগা ইমা, ঐনা কাকাদা ইমাদি ইবুংঙোমচাগী শঙ্গোম লৈনবা শেল লৈতে হায়বদা—কাকানা হায়রিবা হোরেল লৈরক্কনি হায়।

ললিতা (শাউনা) শান্তি! করিগী নঙনা অংন্না হায়রুরি? হা—ঐনা নঙোন্দা করি হায?

শান্তি—ইমা—আঁ আঁ (কপ্পা) ইমা হয়েংমখৈ হায়জররোই।

ললিতা—ইমাগী ইবেম্মা, শান্তি! (খাঙবা ঙমদনা কোনবা) ইমানা নঙবু শাউবদি নঙগী কাকা অতুদি য়াম্না নংবনি। ময়ূমগী মী ১০/১০ চাবগী চেঙ রাম্নবা হোৎনবদা নোংমফাওবা পোখাবা ফংজদ্রবা নঙগী কাকা অতুদা করিগী অতুম্না হায়রুরি? য়ে উ, নঙনা হায়বা অতুদা ময়ূমগী চরা হেনবা হুন্দোক্লুনা শঙ্গোম লৈরক্লগনি। নঙ, মতুংদদি হায়রুন্নুকো।

শান্তি—ইমা হায়ররোই (কপ্পা কপ্পা হায়)।

ললিতা—তোকও—তোকও—কপ্লগন্নু। য়েংঙোই, মীনা করিগুম্বা মতুং অসিদা নঙ চাক চারবয়া হংলবদি—চারে হায়না খুম্মুকো।

শান্তি - চারে খুমগনি (কপ্পা তোকপা)।

ললিতা—অতুনিদনা ইচাসিদি, ফরে লাইরিক্তু থম্মুরো। অতুগা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈয়ুকো, ইচাদি য়াম্না ইনবনি। (শান্তি ইমুং চঙখিবা, মতম্সিদা তোচা চঙলকপা)।

তোচা—ইতৈমা।

ললিত'—ও,– ইবুংঙো নঙ লাকইবরা ? ঙাইখো, ইতৈমা ফিদা লৌথোকউখিগে।

তোচা— আ— ইতৈমা, ঐ ফম্লরোই, লৌথোকউরম্নু। ঐ করি-গুম্বা অথুবা অমগী........।

ললিতা– করি অথুহনো ? ইতৈমাদা হায়যুদনা!

তোচা—( হায়দোকপা ঙমদবা ) ইতৈমা .... নত্তে ঐনা করম্বা হায়রম্লিগেনে ( মমিত্তা ঈরা চেনবা )।

ললিতা—(খানীংবগা লোয়নন‍া ) নত্তে ইবুংঙো করি তৌরব্গে ইতৈমদা ঙম্মুনে।

তোচা—ইতৈমা তাচৌহ্ .... । ( মখা তাবা ঙমদবা—পিনা অর অর তাবা )

ললিতা– তোচা, নত্তে নঙগী তাচৌ করি তৌরবা ? হায়য়ুনে ! ইতৈমাবু খাঙবা ঙমলত্ত্রে।

তোচা— ইতৈমা, ঙরাং তাচৌখোয়না তোংবা প্লেন অদু লমখাঙদা এক্সিডেন্ট থোক্তুনা তাচৌহ্ লৈত্রে ( কপ্পা ) হায়না তায়।

ললিতা—করি তোচা, নঙগী তাচৌবু লৈত্রব.... ! ও....! নহাক্কী তাচৌবু শি-রবা....ও.... ! ( লেপ্পা লেপ্পা লেকথরকপা )

তোচা—ইতৈমা.... ইতৈমা.... নত্তে, ইতৈমা করিনোমা তৌথ্রে ! নত্তে শান্তি, শান্তি! মুপ্পীমচা ... !

শান্তি—( ইমুংদগী থোরকপা ) ককা করি তৌরে।

তোচা—ইবেম্মা, ইমা করিনোমা তৌথ্রে।

শান্তি—ইমাবু….! ইম, ইমা ( কৌবা )।

ললিতা—ও— ইমাগী ইবেম্মা, ইমা করিস্নু তৌদে। ইতৈমাগী ইবুংঙো, নঙমা তম্লিবা পাউ অসি অচুম্বনিকো ?

তোচ্চা—ইমা শক্লবী ইতৈমা, অশেংবনি। ঐনা তাচৌখোয়গী ঠিক দার মশামক্তা উন্নকুরবনি।

ললিতা—ও…. মহাকপু লৈত্রবা অশেংবা। অঙাং অনী অসিনা কনাদা শিন্নরম্মীবা ? মহাক্না চৎলমদাইগী মতমদা ঐগী ইচা অনী অসি ঐগী লেঙদ্রবা খুদোন্নিকো, ইচাশিংবু মাঙহনবা য়াবা নত্তে হায়রম্বা অদুদি অসি থোকনি থঙবনা ওইরেকো।

তোচা - তাচৌ ওম্মোক্লা নীংঙমদেদা। ইয়াম্বগী ইবুংঙো লায়র-বনিনা নখোয় খ্বায়বু থাদোক্তুনা মীরৈবাক্তা মতম খল্লদং লাইবক চাং য়েংউথিগে হায়দুনা চৎপ্রগা, করিনো থোক-লিবা থৌদোক অসিবু ? মঙলনে তাচৌ ( কপই )।

শান্তি—কাকা, নঙনা পাবুংবু কৌরগা কপইবদি পাবুংনা নঙবু ফুরবরা ? পাবুংদি কদাইদা লৈ ?

তোচা—কাকাগী ইবেম্মা, কাকানা করি হায়রসিগেনে ?

শান্তি - পাবুং করি তৌরবগে ?

ললিতা—ইমাগী ইবেম্মা, নঙগী পাবুংদি—নখোয় ঐখোয় ঐখোয়বু থাদোক্লম্লগা লাপ্না চৎখরে। অমুক হন্না লাক্লরোই….। (কোনখিবা) উররোই হন্দক মপোকসিমগী নঙগী পাবুংদি শিরেনে।

শান্তি—পাবুং শিরবা! আঁ—আঁ ( কপ্পা )।

ললিতা—ইমাগী ইবেম্মা, কপ্পনু। ইমাগী থম্মোয় পুবা ঙমদ্রে। ইমা-ইচা ঐখোয়গী লাইবক্তা তম্বনি। ইবুংঙো (তোচাদা) নঙ থেঙথ্রগনি হন্নবা তোরো।

তোচা—ইতৈমা, ঙল্লিদা য়ানি।

ললিতা—ইতৈমগী ইবুংঙো, ইতৈমগীদমক্তা করিমতা মুংশা থীগনু। ঈশ্বরনা তম্বা অমা লৈরমগনি। হল্লো হল্লো থেঙথ্রে।

তোচা—অদুদি ইতৈমা, ঐ হল্লগে। কোন্না অমুক লাকচগে।

ললিতা—চৎলো চৎলো ( তোচা চৎখি ) অসি ওইরেকো সংসার! পীক্লবা অঙাং অনীসিগা লোয়ননা ঐনা করম্না লেনবা! ইবুংঙো নঙনা ঐবু পুবিদ্রিবা কন্নিগীনো? ননাইন্নবীবুসু লৌশিনবীরো।

ঈশৈ

× × ×

—লাইট ওফ—

---

# অহানবা শরুক

## ওগুবা উৎপা

### মফম—লম্বী

[ তোচাগা কমলগা রারী শাদুনা থোরকই ]

কমল—ঐনা হায়বসি—থোইদোকপা অকায়বদি ওইরোইদ্র্ হায়বনি ?

তোচা—হোয় তাইবুংঙো, তাচৌনা হৌজিক লৈখিদ্রবা অসিদা মাগীদমক চঙ্গগদবা শেলশিং অসি করম তোগে হায়রিবনো ? মতু ইতৈমদা অমুক্তুংদি হংদোকখিবা তাইদো।

কমল—চুমই ইবুংঙো, ঐস্তু শ্যাম্না শিন্নরম্বা মতুং ইন্না মখোয়গী অরাৎ-অপা পূম্নমক অসি য়েংদবা নত্তে। অদুদা ললিতা অসিনা মুপী অমা ওইখ্রে। ঐনা শেল, চান-থক্লবা কন্না পীবনি। অদুবু মানা লৌ হায়বসি স্তুকয়া য়াখিদ্রবনি।

তোচা—চুমই তাইবুংঙো। অদুবু হৌজিক্তি তানফম অমা লাক্ল-বনিনা মদুস্তু কদায়দগী য়াগদগে ?

কমল—অরিংজেল ওন্থোক্লা খাগ্রে। মীঙোন্দগী নিতুনা, মীগী মতেং লৌদুনা হিংদুনা লৈরোই। মশাগী খুৎশুমন, হুমাংমন্না মচাশিং অসি থাকনি হায়দুনা কেন্না হোৎনরি। অদুবু নোংম নোংমগী খুদোং থীবদি অস্তুম হেঞ্জিল্লকই মসিদা............।

তোচা—হোই তাইবুংঙো। ঐস্তু ইতৈমাদা রারী অসি চীক্লা অমুক্তুং শাজগে। অদুদি লেঙঙসি........।

কমল—করে—করে। ( চৎমিন্নখি )

[ শান্তি লাইরিক-খাউ অমা য়াল্লগা থোরকই। চাদবগী মরমনা মশাদু থক থক নীকই। মশাদু য়াম্না চোকথরে। চৎপা ঙমলক্তরে। লম্বীদা তুথরক্লে )।

শান্তি—ইমা! ইমা…………ঐ চৎপা ঙমদরে। ঈশিং ঈশিং ইমা! ( তুথরে—মখুৎনা লৈপাক্কা হোৎলি ) ঐ য়াম্না রারে ইমা….ইমা! ( তুমিন্না মখুৎনা লৈপাক্কা কোৎলি ) ঐ য়াম্না রারে, ইমা….ইমা! ( তুমিন্না লৈখিবা ).

[ মতমসিদা তোচা চঙলকই ]

তোচা—( শান্তিবু উদে ) হৌজিক ঐ করম তৌব, তারি! গাড়ী মচা অমা থোরম্বা অতুস্তু মহাজন্না ভারা পীদে হায়দুনা থৌহন্দ্রে। ওন্থোকপা লইবক হায়দুনি। কনাদগীনো ঐনা শেল থরা পুগদবসি? ভারা মযাম অসিবু পীথোকত্রবদি গাড়ী থৌহনবগী রা লৈতে। করম তৌসিবা? ( খনবা…., শান্তিবু উবা ) হাই। কনানো? (চঙশিন্দুনা য়েংবা ) হায়! শান্তি, নুপীমচা! ( কোনখৎপা করিনো নঙনা তৌরিবা অসিদি? ইস! অঙাং অসিদি য়াম্না ইংলেনা। নত্তে শান্তি কাকাগী ইবেম্মা ( কপ্পা ) তাচৌগী অরাবা ফাওবা লোইদ্রিবৈদা নঙস্থু চৎলগে শায়রিবরা? নত্তে, ইতৈমাগী মনাক তাম্না থুনা পুহোদবা য়াদে। ইতৈমা! ইতৈমা! ( থোকখিবা )

কমল—( থোরকই ) নুপী হায়বসি লাইমা পঙইদা! নুংঙাইনা, অরা-অনা থঙদনা লৈজো হায়বসিবু পামদবা য়াওরিকো!

কয়াদা পঙগ্রবানা হায়বা। মাগীদমক ফনবা মচাশিংবু চাউনবা, মী অমা ওইনবা শেমগে হায়বসিবু মী অমনা হেক হায়বা হৌনদে শিঙবা মপুরোইবা অদুদা সুম নীংদুনা লৈরবদি চানীংঙাই লৈতদুনা কন্দুনা শিবা হায়বসিদি শোয়দ্রবনি। মরীম্না থারিবদি এনা চান-থরবা শেল-থুম, ফাওবা পীবদা লৌ হায়বা য়াদে। মদুনদি করি থোক্‌পা হৌররে। কনানা হৌজিক্কী মতমসিদা মতেং খিদং পাংবিনবা লৈগনি। ফরে ঐ হৌজিকমক চৎতুনা মাগী মফমদা ফজনা থেমদুনা হায়-দুনা য়েংখিগনি। য়াদ্রগা হন্ন ফাওবা হেক য়েংবিদ্রগা লোইরে, হেরা করিগীসু য়ারোই। মাবু লৌবিগে হায়বদি মাগী মরায়বক ফবনিদা। মহারাণীগুম মচা-শিংদু য়োক্কুনা লৈগদবনি। ( থোকখিবা )

—লাইট অফ—

---

## অহানবা শরূক

## অরেৎপুবা উৎপা

### মফম—শ্যামলালগী য়ুম ॥

[ মাঙোন্দা ফমুং মচা অমদা অঙাং তুম্মী। ললিতা অরাবা, রাখল তৌদুনা লৈরম্মী। চানীংঙাই লৈতবগী রাবনে। মচামা চাক চাদনা স্কুল চৎখিবগী রাবনে লৈফম খঙলমদে। ]

ললিতা—ওম্মোকপনি লাইরবগী মপোক! হৌজিকপু করম তৌগনি। চাদবনা লোইনা শিবা তারবরনে? ঐনা কনাদগীনো হংলুগদবসি? করিগুম্বা হংলুবদা পীরক-লবদি ফৈদে। পীরক্তবা থোক্লো ঐনা করম্ম: হল্লকপা? লুপ্রেদা.... .... ....!! শান্তিসু ঙরাংদগী চাক চারক্তে, স্কুল কারনু হায়বসু মানা করিসু তৌরোই হায়দুনা চৎখ্রি। মানা লাক্লগা করি চাবা? ও-! তোল্লিদা হে লাইরবা!! হকচাং অসিনা চারক-থক্তবগী চৎপা য়াশিল্লক্তে। পীকলিবা অঙাং অসিগা ঐনা কনাদা থবক শূরুবা!! করিনো পাম্বোম চোংইবা অসিনা? শান্তিনা হৌজিক ফাওবা লাকত্রিবা অসিনা করিনো ঐবু উৈহাক্লং—চৎতুনা হংলুসিরা অদুবু হকচাং অসি চৎপা ঙমগনি হায়বসু থাজদ্রে। কোক অসিসু ঙাও-খিবনা হায়গৎপা ঙমলক্তে, অদুবু মতম অসিদি নত্তে। ইচানা হৌজিক ফাওবা য়ৌরকত্রিবা অসিবু .... ....।

[ তুরোই ঙামলোই হৌগৎপা। মমুংদগী তোচানা কৌদুনা চঙলকপা, মনঙলদা শান্তিবু পোরকই। ]

তোচা　ইতৈমা ইতৈমা ..... ..... ( চঙশকই )

ললিতা—করিনো তোচা? অদুনা কনানো? অদু ..... ..... ।

তোচা—ইতৈমা মুপীমচা শান্তিনি

ললিতা—করি! ( পাখৎপা ) শান্তিবু করি তৌরবা ?

( থক্কতুনা চেনশিন্দুনা কোল্লি। )

তোচা—( শান্তিবু থাক্না মমাদা পীবা ) লম্বীদা মকোক ভাও-রবরা করিনো তুদুনা লৈরম্বদগী এনা পোদুনা পুরকপনি।

ললিতা—( য়েংবা ) ইবেম্মা ইচাবু করি তৌরকগে? শান্তি ইমাগী ইবেম্মা সে, নমিৎ পাঙথোকতুসে।

ললিতা—ইবুংঙো নঙদি গাড়ী থৌদ্রবরা ?

তোচা—( হায়বা ঙমদনা ) আঃ ইতৈমা থৌরি।

ললিতা—অদুদি নঙ চৎলো চৎলো থেঙথ্রগনি।

তোচা—অ', য়ানি, অদু ইতৈমা, ঐ চৎলগে ইবেম্মনা কম্না ঙমদ্রবদি ঐ ডাক্তর কৌরকে।

ললিতা—ইবুংঙো ডাক্তর ..... ..... নত্তে শান্তি করিসু তৌরোইদ্রে চাক-নত্তে, নত্তে-নঙ চৎলো।

তোচা—ইতৈমা ঐ চৎলগে ( চৎখিবা )

ললিতা—চৎলো চৎলো ( শান্তিদা ) ইমাগী ইবেম্মা ইচাবু য়াম্না রাররবরনে ?

শান্তি—ইমা ( মমিৎতি পাঙদে ) ঐ য়াম্না রারে। চাক চারগে।

ললিতা—চাক ( খাঙবা ঙমদনা পি শিন্থরকপা) সে সিদা থৈহাক্তং পোত্থাও।

শান্তি—ইমা ঈশিং খিত্তা থক্কেবা ?

ললিতা– ঈশিং থক্কে, ইমা ঈশিং লৌক্লখিগে। ( ইমুং মঙশিবা পাত্র অমদা ঈশিং হাপ্তুনা থোরকপা ) সে থকও ঈশিং ( ইনবিবা ) ইমাগী ইবেম্মা।

শান্তি—ঈশিং ( থর থকই ) ওকএ ইমা .... .... .... ইমা ঐ ফরনিকো ?

ললিতা– বরিগী ফদনি শোয়দনা ইচা ফরনি।

শান্তি—ইমা কনানো কৌরিবসে ?

ললিতা—( য়েংলগা ) কনানা কৌরিবা ? কনাস্থ কৌদে। তুমিন লৈয়ু ইচাবু কনাস্থ কৌদে।

শান্তি– ইমা কৌরিবসিদি .... ... তু .... তু কনানো লাকইবসে ?

ললিতা—শান্তি ইমাগী ইবেম্মা, কনাস্থ লাক্কে তুমিন লৈয়ু ঙাঙগনু ইমা লৈফম খঙঙক্কে।

শান্তি—ইমা পাবুংনি লাকইবসি তু– ঐবু কৌরিসে। মিঠাই হা—হা– হা ঐগী মিঠাই পুরক্লে।

ললিতা– শান্তি ( খাঙবা ঙমদবা) নক্তে ইমাগী ইবেম্মা নঙগী পাবুং লাক্কে। শিগ্রবা মীবু হল্লকপা হৌনদে। তুমিন লৈয়ু ইমা লৈবা ঙমদ্রেনে।

শান্তি– ইমা ইমা ঐবু কৌরে ঐ চৎলগে।

ললিতা— শান্তি ইমাগী ইবেম্মা মঙ করিগী চৎকনি। কদাইদনো

নঙনা চৎকদৌরিবা, নত্তে নঙবু কনাস্থ কৌদে।
তুমিন লৈয়ু, তুমিন লৈয়ু।

শান্তি—ইমা ঐ চৎলে............ও.. ........(শিবা)

ললি— শান্তি ! ইমাগী ইবেম্মা ইমা মাঙলেদনা। নত্তে নঙবু কদাইদা চৎলিবনো ? হৌজিক্তা ইমা চাক লাম্মে লাম্মে হায়রম্বদাই ও। হে লাইরবা চাবা ফংদনা ইচা শিগ্রবকো। ইমাগী ইবেম্মা, ইমাবু করম্না লৈকৌরসিগে। ও! ইমাদি নীংঙমদেদা অমুক্তা ইমানা কৌরিবসে থুম্মুনে। ও! ইবুংঙো ইচাবুদি নঙনা পুবিরগা, লাইবক থীবী ঐবুদি করি ইরাল লৈডনা পুবিদ্রিবনো? ঐবুস্থ পুবিয়ু। ( মচাবু কোল্লগা হিক্লা হিক্লা রূপই ) শিগনি ইমাস্থ চাদবনা শিগনি ইমাস্থ নখোয়গী তুং ইল্লকনি। অদুবু.... অদুবু পীক্লবা অঙাং অসিনা ও........ ( মতমসিদা কমল চঙলকই। তৌরিবদু য়েংই, ঙৈহাক থল্লি )।

কমল— আ ! ইবেম্মা শান্তিবু করি তৌরবগে ?

ললি— ও ! তাইবুংঙো ঐগী ইচা শান্তি তাইবংদা লৈত্রে। মহাক্তি মুংঙাইনা তুমথ্রে।

কমল— ( চঙদুনা য়েংবা ) করি শান্তিবু শিরব;....... ও........ শান্তি ! ইবেম্মা নঙ শাওগম্মু ঙসি ঐ রা অমা হায়গে। ঐনা হায়বা ইল্লম্লবদি পুন্নমক অসি থোক্লোইদবনি।

ললি— মানি অদুবু তাইবুংঙো অচাকপা মৈদা ঘী অমুক হৈবিরগম্মু। ঐগী থরায়না লৈরিঙৈদদি মুগী ওইবীগী

ধর্ম্ম থুগায়দুনা থবক অদু পাঙথোক্কদবগী শরুক্তা চন্না হেনদুনা কংদুনা শিখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফৈ।

কমল— ললিতা চুমই, ঐ শাউদে। অদুবু নঙনা নঙগী ধর্ম্ম ঙাকলি। নত্তে অসিবু মীওইবনা চৎনদবা থবকলা? নপুরোইবস্থু লৈত্রবা নহাক্পা অদুক পুকচেল পীকপগী অর্থ করিনো? নঙগীদমক থনগনু নচাগীস্থু খর খল্লু। শিগ্রবা অঙাং অসিদি লোইখ্রেদো অদুনা ভুংগীস্থু খরা খল্লু। নরিংজেল থাগনু ঐনা ফত্তবা হায়ব্রা? নঙগী-দমক্তা হায়বনি। লাউ ঐনা অরাবা শরুক পুম্নমক য়াগনি ঐখোয়দা চৎসি।

ললিতা - ( শাউনা ) তাইবুংঙো ঐবু উ শিংপিদ্রবা....!! মপুরোইবা লৈত্তে হায়দুনা ঐবু করেম্নবরা, অস্থুম্না অরাবা তারিঙৈদা করিগী ঐবু করেম্নরি? থুনা মফম অসিদগী চৎখ্রো থুনা চৎপিখ্রো।

কমল— উম ! চৎলগনি। অদুবু ললিতা মুম্না অমুক্তং খঙ্খৌ ঐনা খুদক অসিদা হায়হৌদ্রবদি অকায়বা খরা লৈবদগী হায়বনি। অরেম্বদা মাঙহনগন্মুসি। পুম্নমক ঐনা ভার পুগনি। অদুগা অশেংবদি ললিতা ঐনা হায়বা ইন্দবদগী নচা নুপী অসি নঙনা হাৎপনি। খঙলব্রা?

ললি— তাইবুংঙো ( জ্ঞান তাদনা লাওবা ) ও। ঐ তাবা ঙমলক্তে। ইচাবু ঐনা .... .... .... !!

কমল— মানি অদুগা পীক্লিবা করিস্থু খুংজদ্রবা অঙাং অসিস্থু নোংমদি নঙন্না .... .... .... ॥

ললি— তাইবুংঙো ( শাওনা ) ও ! ঐ তাবা ঙমলক্তে। খুদক অসিদা লেঙবিদ্রবদি ঐগী থরায় নত্রগা তাইবুংঙোগী থরায় .... .... .... ॥

কমল — ললিতা ঐ চৎকনি। অদুবু ঐনা নঙগী নপুরোইবগী অমসুং নঙগীদমক্তা ফনবা হায়বনি। শাওগনু নঙ অমসুং নচাগী .... .... .... ॥ (চৎখিবা)

ললি — ও! ঐনা ইচাবু হাৎপা .... ....। ও! মানি ঐনা ইচা হাৎপনি। ( অঙাওবীগুম কোয়চৎ চৎপা ) ঐনা হৌজিক করি তৌগনি। ঐনা কনাদা ইচাগী ... ... ( মতমসিদা অঙাং কপলকপা ) ইমাগী ইবুংঙো ( চেন-শিন্দুনা কোনবা ) নঙসু .... .... নত্তে .... .... নত্তে।

রাখল - ললিতা নচা পিশক করিসু খঙহৌদ্রবা অসিসু নঙনা পীজদত্তনা হাৎলগেরা? করিগী নঙনা কমলবু শাওরুরি। নচাগী থরায় হিংনবা অফবা মী অমা ওইনবা হায়বনি। করিগী শাওরুরি ?

ললি - ঐনা ইচাবু মী ওইহন্নবগীদমক্তা ধর্ম থাদোকপা ....।

রাখল—মানি থাদোক্তদবনি। নঙগীদমক্তা নত্তে নচাগীদমক্তনি। কাউরবরা নপুরোইবনা চৎলমদাইগী মতমদা অঙাং অনি অসি মী অমমম ওইহনগদবনি। মসি নহাক্কী লেঙদ্রবা খুদোল পোৎনি।

ললি— মানি মহাক্কী লেঙদ্রবা খুদোল পোৎনি। অদুবু মহাক্কী খুদোল পোৎ অমদি ঐনা লাইরবী অমা ওইবনা

খুদোল পোৎ অমদি কায়খে । মহাক্কী রাশকপু কায়বা তারবরা ? নত্তে এৈনা হৌজিক করি তৌগনি ।

রাথল—করি তৌগনি । নচাগী দমক্তা নঙ হৌজিক কমলদা লৈবা ভাই । নত্রবদি নহাক্না নচাবু পীজদদুনা শোয়দনা হাৎলগনি ।

ললি— ও ! মানি এৈনা ইচা শাত্তিবু হাৎপনি । অদুদি এৈনা করি তৌবা ? ইচাগী ফনবা, মী অমা ওইনবা কমলদা লৈবা … …. ? মাম্নি ইচাগী দমক্তা এৈগী ধম্ম' থুগায়দুনা ইচাগী ফনবা তৌগনি । মাগী মফমদা হৌজিকমক চৎকনি । এৈ চৎকনি । ( অঙাং পমখৎতুনা চৎখিবা )

—লাইট ওফ—

---

# INTERVAL

## অনীশুবা শরুক

## অহানবা উৎপা

### মফম—লম্বী

[মণিপুরগী চীংগী খাংমদা লৈবা জীরী, মৈতৈগী খুল অমগী মমিংনি। লম্বীদা মুংশি কোবা পাখঙ অমা লুপা খরা মশীং থীদুনা থোরকই। ফৈজোম শেৎলকই খোংউপ তোংদে। য়েংবদা নোকনিংবা মীতা হেক মানবা নিপানি।]

মুংশি— সত্য শেল পায়বা হায়বসি মুঙাইবজাৎনিদনা। ঐনা হন্দক ঐখোয়গী বাবাদা হায়নদুনা ইরোই মপী মচাহু দক য়োম্থোকপনিদনা। অদুনদি কনাদা কোয়রুসিগে ঙসিদি। উম্ বাসন্তিখোয়দা কোয়রুবা তারে। অদুনদি কৈথেল কাদুনা খোঙউপ ফিরোল লৈগে অদুগা খাজনাসু থীরমগে। ইস! ঐগী থবক অসি য়াম্মীদা। তাঞ্জা অসিদা ঐগী মরূপ তোমপোক অদু অমুক্তা উনজনীংঙ্গে চিঠি অমতা পীরমগে হায়ববু। ফরে কোন্না পীর.গ, হোরেল খরা ফজরগা। (তোমপোক থোরকপা)

তোমপোক—মরূপ মুংশিবা কদায়দনো?

মুংশি— হলো আদা চৎকদোরিবা। মরূপ। অদু— মরূপ লাকপা ফরেদা।

তোম— হাইস মরূপ, নঙসি ঙসিদি নাল্লেদা, ইস! য়াম্না ফজরে। নঙ মুত্তিগী অদুমনা নাল্লবদি ঐখোয়গী ইবেম্মা বাসন্তীনা শোয়দনা য়ারনি।

মুংশি— অওইবরা ভাঈ ?

তোম— অওইনিনে ভাঈ।

মুংশি— অদুদি সবগুস ; কৈথেল চৎলগে। ফীরোল ফজ ফজবা লৈগেদো। হয়েংদগীদি কেথরক্কে। য়েংউবা ভাঈ তোমপোক।

তোম— ফরেনে— কের'দি ফজরনি।

মুংশি— উম ! অদু মরুপ্ত খরা মুংঙাইবিরিব্রা ? মীগী ময়ূমদা লৈবসিবু ?

তোম— এ— করিগী মুংঙাইতনি ! থবক্কা মনামতা শূবা পোৎ নত্তে। নোং হেক ঙানবগা শমপোৎ খরদি শূই। অদুগা ঐখোয় খুড়াগী ইরুজনবা ঈশিং খর লুম্বা, অদুদগী চাক চাব', অদুগনে মখোয়না হায়রিবা, থবক শূগনু তোমপোক হকচাং রাহনগনু চাক তোকপগা পৈয়া শিয়ু। অদু হেক লোইবগা ইখোলগী মনা-মশীং ঈশিং চাইয়ু, তো ভাঈ থবক্কা মনামতা শূপোৎ নত্তে।

মুংশি— বাঃ হায় অপঙ কয়াদা পঙথ্রবনো। বন্ধু নঙসি নঙনা তৌরিবদুনে থবক হায়বদি, মসিদি।

তোম— এঃ পৈশা ফংবসু নত্তবসিবো থবক কৌবা য়াত্রা ?

মুংশি— এঃ শেল ফংদ্রবদি থবক নৎবোরে। বন্ধু নঙসি অঙকপা অপঙবা হায়বদু ওইরে।

তোম— এঃ অপঙবকগাইনা য়েংউ, ঐখোয় ইবেম্মা বাসন্তীনা হায়রিবা, ঐসে চাউরকখিনি। চাউরগা শিংলক্কনি হায়রিবা ; চাউরগা শিংলক্দৌরিবনি খঙলব্রা ?

মুংশি— হোয় হোয়, নঙসি চাউরকখিনি। সিদগী সুম চাউরক্তুনা নখ্বাং কোন্দুনা চৈশু অমগা, (অহন্না চৎপা তম্বা) শুম-দৌনা চৎলনি, মঙ্গদা নঙসি পুমশিং শিংলনি।

তোম— এঃ অদুদি তল্লি।

মুংশি— ফরে রা অমা হায়গে। নঙনা বাসন্তী পল্লকপদা নীংশিং-লকপা অমা লৈরে।

তোম— করিনো ?

মুংশি—অদুবুরো! ঐনা নহান হায়বা বাসন্তীদা চিঠি অমতা পিবিযু হায়বদু ঙসি পুন্নবনি। (ফুন্নিৎখাওদগী লৌথোকপা)

তোম— চিঠি—করি তৌগদৌরিবা ?

মুংশি— হায় মুংশিনগদৌরিবনিনে। মঙোন্দা সি পিয়ু।

তোম— চিঠিপিদ্রবদি মুংশিনবা য়াদ্রবা ? রাহৌ চে ওইবা তারে। অদুদি........ ?

মুংশি — হোয়নে, ভাব ওস্থোক্লা তাখিদ্রে বন্ধু নঙসি। মসি মানা পারগা ঐবু মুংশিবনা পুমঙাও ঙাওগদবনি।

তোম— হৈ শোঃরে বন্ধু। ঐ চিঠি পীবা ঙম্ররোই।

মুংশি— করিগী ?

তোম— করিগুম্বা চিঠি অসি পারগা ঐখোয়গী বাসন্তীসি ঙাও-গ্রবদি ইস! মী মপানা মথন্তা পোকই হায়দুনা নুনা তৌরিপোৎনি।

মুংশি— ইকে, বন্ধু! নঙসি পঙমনখ্রে। ঙাওগনি হায়বদি মানা ঐবু য়াম্না মুংশিরগনি হায়বনিনে।

তোম— ও। অদু ওইরে। (মমায় ওন্থোরকপদা শ্যাম লাকপা উবা) ঙাইখো ভায়, আদা মিঠাইরালা অসি লাক্লে। মঙোন্দা পীরসি। মাদি ঐখোয়গী খুড়ানস্থু য়াম্না লুনা তৌই। অদুগা ইবেম্মনস্থু য়াম্না লুনা তৌই। ঐনা হায়বা ঙমদবশিংগাত্তু মানা হেক্তা হায়দোকপি য়াম্না কৈ।

মুংশি— উম। মদুনা কবা তারে।

শ্যাম— (মকোই মরাং চোমই। শেগাইরবা ফিরোল শেত্তুনা অঙাওবগী মওংদা থোরকই হা—হা—(ইশৈ ঙংলকই) পঙইদকো তাইবং করিগী শাওরি ?

করিগী খংনরি, পঙইদকো তাইবং।

তোম— তাদা মিঠাইরালা! ঙসিদি মিঠাই য়োনদ্রব্রা ?

শ্যাম— হা—হা–হা মিঠাই য়োনবা ....। উম উম! পীরে লোইনা, ঐনা মিঠাই, অঙাংশিংনা হরাওরে।

তোম— করি তৌরে? নঙদি ঐখোয়দা লাক্তুবদি। ঐখোয় ইবেম্মা বাসন্তীনা নঙগী ঈশৈ তাদ্রে হায়দুনা চাকা চাও হায়বা অমত্তা য়াদ্রে।

শ্যাম— বাসন্তী চাক চাদ্রে। ঐগী ঈশৈ .... ... ... শককনি।

তোম— য়েংঙোই! নঙ, ঐখোয়গী ইবেম্মা বাসন্তীদা চে 'সিদা পিয়ু। শোয়দনা পিয়ুকো। অদুগনে নহানদোনা ঈশিং খরা শোকপিরম্মু হায়দুনা চৎখ্রগা স্নাবুল য়ৈদুনা অঙাং ময়াম অমগা চোংতুনা লৈরম্বদু য়াবা নত্তেকো।

শ্যাম— উম! চিঠি পিবা বাসন্তী (মুন্না য়েংবা নোকপা)

হা—হা—হা ঙাওরেদো নঙ ঙাওরে। (থোকখিবা)।

তোম— মুংশিত্রা ভায়? মবুক্না ফরিবা। অঙাং ময়ামসে মানা মিঠাই লেপ্না য়েল্লিবা। অদুগা অমুকস্মু কপইবা।

মুংশি— অদুদি ভায় ঐ চৎলগে। নঙ কদায় য়োগদোরিবা?

তোম— আদগী থোঙ্গাল'সিদা পাউ অমতা হায়রুগে তৌবনি।

মুংশি— অদুদি চৎমিন্নসি লাকও (চৎখিবা)।

শ্যাম— (চঙলকপা) হা—হা—হা ঐনা ফারে তো তো (চিঠি উৎপা) নঙনা করিগী য়ানীংত্রিবা? মুংশিদুনা তৌবনি শাউগনু। (মনুংদগী বাসন্তীনা কৌরকই)।

বাসন্তী— মিঠাইরালা!

শ্যাম— (হন্না অমুক য়েংলগা নোকপা)।

বাসন্তী—নঙদি সিদা করি তৌরিবা? নোকনু ঐবু করিগী নোক্লরি? মসি লাইরিক, মসিনা অপাবা ফি। (মাগী ফি লাইরিকপু ওইরবোই নীংবা)।

শ্যাম— ফজরে।

বাসন্তী—হোয়নে। নত্তে নঙবু করি তৌরবগে? ঙসি নিনি হুমনি অসি ঐখোয়দা লাক্লুবদি?

শ্যাম— ঐ খঙদেদা....। উম্‌ শীং খায়গে চাকস্নু চানি। অদুবু নঙ শাউবরা?

বাসন্তী—শাউদেদা। য়েংঙোই ঐখোয়দা চৎসি, চাকস্নু চারুদি।

শ্যাম— চাক চানি, অদুবু মাদি চাদে। ঐস্নু চারোই।

বাসন্তী—তৌরে নঙগী চেকশিন্না ঙাংনরগা হেক্তা ঙাওশিন্নরকই। শেংনা ভাব তাত্রবরা হায়বস্নু হেক মতাই। তারোদনা

হায়রবস্‌ মওং অমা হেক্তা তৌই।

শ্যাম— হা—হা—হা অঙাওবীসিদি কনানা হায়রিবা? উম!
ঐ খঙলে নহাক্‌সি ঙাওজ্ঞ।

বাসন্তী—হোয় হোয় ঐ ঙাওরগে নঙদা ভাব তাবিরো।
ফরে চৎসি লাকও! (চৎপা শ্যামস্‌ মতুং ইনখি)।
[ তোমপোক মুরুম মুরুম শোন্দুনা থোরকই]।

তোম— মথোঙ চাদবা হায়ববু ঐবু গুন্দা মাল্লি হায়নকা লম্বীদা ফুগে তৌরিবনিনে। হৌজিক্‌ কালগী নহারোল অসিদি। ঐ ঙসি শিরমগনিদা।
( মুংশি মনুংদগী কৌদুনা চেল্লকই )।

মুংশি—তোমপোক বন্ধু ঙৈহাক্তা ঙাইরমল্লো।

তোম— কনানো? ও! বন্ধু করি তৌরে?

মুংশি— বন্ধু লোইরে লোইরে পুমশোয় শোয়রে ইস! (ফমথবা)

তোম— করি তৌরবগে হা?

মুংশি— ইস! নত্তে ভায় ঙসাইগী চিঠিদু ইস! পুমশোয় শোয়রদো।

তোম— গুন্দাশিং অদুনা শেল মুলহৌরবরো?

মুংশি— হেরা, শেল মুলহৌবা নত্তেরানি। ঙসাইগী চিঠিদু লোইরেবা ইস! মসি ···· ····।

তোম— চিঠিদু হোয়নে করি তৌরবা?

মুংশি— ঐনা পীখিবা চিঠিদু চিঠি নত্তে মাগম হস। এক্ষোয় পাবগী কুঠিনি। কুঠি ইচেদা য়েংহন্নবা পীবা চৎলিবনি। ইস! ঐ ···· ····।

তোম—কোঠি ক্ষরে অদুদি ? হা! কব্রি ? কোঠি বাঃ।

মুংশি— হোয়নে নত্তে হৌজিকপূ করম তৌগদৌরিবনো ?

তোম— নঙদি করিদৌনা পীরিবা ? নম্মায় থক্কুদো ?

মুংশি— হোয় ভায়, হরাওমনখ্রূতুনা য়েংহৌদ্রবনিদ্না। অদুবু নত্তে অঙাওবা অদুনা করিগুম্বা চে অদু শেগায়রম্নবদি, ইস! ঐখোয় বাবানা ফূবা শোয়ম্রে।

তোম— হোয়নে অদুদি চৎলসি। পীদিঙেদা অম্মুক্কা লৌহৌনবা তৌসি।

মুংশি— উম! মদু য়াম্না ফৈ। অদুদি চেল্লু।

তোম— লাকও! (চেনখি)।

—লাইট ওফ—

---

## অনীশুবা শরূক
## (২বা উৎপা)
## মফম—য়ুম

[ কুমুদ বাবুগী য়ুমনি। য়ুম অসি ফিল্মগী লাই অদুগা অচৌ অচৌবা মীগী ফোটোনচিংবা থেংলি। হায়রপ নাম্না শৈলবা য়ুমনি। য়ুমজাও কা মঙানি। শুন্নুনচিংবা ফজরবা মচুনা রাই তৈবনি। শ্যামগা বাসন্তীগা রারী শাতুনা চঙলকই। বাসন্তীনা মাং থাই ]।

বাসন্তী - মিঠাইরালা চঙলকউ। ঐ ফিদা লৌথোক উখিগেকো।
(চঙখিবা)।

শ্যাম— ( মুন্না য়েংই রা অমতা ঙাংদে )।

বাসন্তী— (খোরক্ষুনা মোড়া থাই) সে সিদা কমউ।

শ্যাম— (ফিদা অছু মুন্না য়েংই, ফিদা অছুদা খুৎনা ভারগা লৈবাক্তা কমই)।

বাসন্তী—হৈমা, করি তৌরে? ফিদাদদি কমত্রবা?

শ্যাম— কমই। কদায় শীং থায়রগে। পীরো ঐগী থবক পীরো।

বাসন্তী—করিগী শীং থায়গদৌরিবনো? তাদা তোমপোকনা মরাইনা থায়জগনি। নঙ সুংঙাইনা কমদুনা লৈয়্।

শ্যাম— (নোক্নুনা য়েংবা) কমগে— হুম!

বাসন্তী—য়েংউ মিঠাইরালা ঐ ঙসি রা অমা হংগে নঙ শেংনা খুমউ। খুমগন্রা?

শ্যাম— (মুন্না য়েংলগা মঙক নোম্বা)।

বাসন্তী—করে— ঐনা হংনীংবা রাদি অতৈ নত্তে। নঙ অসিবু কমানো? কদায়দগী লাকপমো? করি থবক তৌবনো মিঠাই য়োনবা লাকপরা? নমিংনা করি কৌই?

শ্যাম— হা—হা—হা, ঐ লাকপনি কমএ ···· ··· উম! (চিঠি অছু মীংশিংলকপা) লৈরে। (ফুরিৎখাওদগী লৌথোকপা, পীগে তৌবা কাউবা) ও! (কপ্পীং কপ্পীং তৌবা) কাউরেদো॥

বাসন্তী—মিঠাইরালা নঙসি ওন্থোকপনি। শেংনা ভাব ভানা হংলগা অমা হেক্তা তৌই। নঙনা তৌরকইবসি চহি ৪/৫ শুরে। অচুগা নোংমতম্ ঐগী ইমিং সি কৌই,

অদুদগী লাকপনি হায়দে। ফরে ঐস্থ হংলরোই, ঙাইখো রা অমগা হংখিগে নঙনা ঙসি নিনি হুমনি অসি ঐখোয়দা লাকত্রবদি করি তৌরে ? নঙ ঐখোয়বু নুংশিদ্রব্রা ?

শ্যাম— নুংশি, হুং! অঙাংশিংগী মিঠাই।

বাসন্তী— ও-! অঙাংশিংদা মিঠাই পীরুবা, ফরে ফরে, য়েংঙোই নঙ নুঙ্ভিগী লাকউনে। নঙনা লাক্লগা ঈশৈ খর খর শকপদু ঐদি ওন্থোক্লা পামজখ্রে। নঙ হেক লাক্লবদা লাইরিক পাবা চঙদ্রবনে।

শ্যাম— উম! (নোক্ত্লনা য়েংবা)।

বাসন্তী— ফরে ফরে নঙ স্থম ফমউকো, ঐ চাক থোংলুখিগে অদু গা চাক হাউনা চাসিকো ?

শ্যাম— (হরাওবা)

বাসন্তী— অদুগনে নঙ ঈশৈ লাউনা শকলমউ। ঐ চাক থোংনা থোংনা তাগেকো। (চঙখিবা শ্যাম য়েংদুনা লৈহোবা) [মতমসিদা নুংশি, তোম্পোক ফিংনা চঙলকই। নুংশিনা তোম্পোক্তা চে অদু লৌ হায়না ইঙ্গিত তৌই। মখোয় অনি ইরৈ। তোম্পোকনা চঙলক্ত্লনা মিঠাই-রালাদা চে পীয়ু হায়রে]।

তোম— মিঠাইরালা নঙনা ঙসাই পুবা চেদো পীরো মদু ওন্নরে।

শ্যাম— (মুন্না য়েংলগা লৈবা)।

নুংশি— (চঙলক্ত্লনা) তা-মিঠাইরালা মদু ঐগী চে অরুবনি। নঙ মদু ঐঙোন্দা পীরমউ। নঙ মরম ঙকখ্রে।

শ্যাম — ( তুমিন্না রা ভাঙদনা অমদা অমুক য়েং ; অমদা' মুক য়েং তৌদুনা লৈ। মতমসিদা বাসন্তী থোরকই, খংনা নুংশি লাপথোকই। )

বাসন্তী — তা তোম্পোক নঙ—লাকলব্রা ? করিনো মখোয়না মিঠাইৱালাদা হায়ৱিববু ?

নুংশি — করিস্থু হায়দেদা ( ইকাইবা )। তোম্পোক্তা ইঙ্গিত তৌদুনা, চে অদু লৌ হায়বা।

নুংশি — অস্থুম বন্ধুগা

তোম — মিঠাইৱালা কদায় চে।

নুংশি — ( পাখংতুনা তোম্পোক্তা ) বন্ধু ! ( অপা তুমিন্না হায়য় হায়না ইঙ্গিত তৌই )।

বাসন্তী—করিনোনে তা তোম্পোক ?

তোম — ( নুংশিদা ) তুমিন্না হায়য় হায়বা ( মিঠাইৱালাদা ) মিঠাইৱালা পীরো চিঠি।

বাসন্তী — চিঠি ! করিগী চিঠিনো ? কনানা পীরিবা ?

নুংশি— চিঠি নত্তেদা চে-নি।

তোম— চিঠি নত্তে।

নুংশি— হেরা ভায়। ( শাউবা )

বাসন্তী—ভাইখো তা তোম্পোক। শেংনা খুমউ। করিগী চেনো ?

তোম— চে-বুদি নঙোন্দা পীগদবনি অদুদা ওয়রবা।

নুংশি — ভায় নঙ ( পাখংপা ) ইস। মী শিবা রা ..... .....

বাসন্তী—ঐঙোন্দা পীনবা চে। অদুদি কনানা ?

তোম — হেরা করি কান্নবা হংলিনো। মী, ভায় নুংশিনা, নুংশি-
জনা পীজববু।

নুংশি — ও -! ভায় —লোইরে।

বাসন্তী —তা তোম্পোক! নখোয়না ঐবু উসিৎতবা! কৈ, লৈরমউ
খঙগনি। ( চঙখিবা )

নুংশি — ফরেবা —। মী অপঙবা তিন্নববুদি হুই অমা তিন্নবনা
হেন্না কৈ হায়বদুনি। নঙসে ওন্থোক্লা পঙথ্রব্ব।

তোম - নঙনা ঙসাইনা ঐভোন্দা হায়বগদি।

নুংশি অদুবু হোরেল তপ্না হায়বা য়াদ্রাও? হৌজিক নুংঙাইবা
তারেনে। ফোলা চাবা তারবা?

তোম — ফোলাবুদি চাথোক্কনে।

বাসন্তী—( মনুংদগী ) নখোয় ঙসি লৈরমউ খঙগনি।
[ শীং অমা পায়রগা চেন্থোরকপদা, মপা চঙলকপগা
তান চানজনা থেংনবা ]

কুমুদ — হায় করিনোনে নুপীমচা? ( নুংশি, তোম্পোক পাখৎপা )

বাসন্তী পাবুঙ তা নুংশিগা তোম্পোকদি কু! মখোয়না তা মিঠাই
বালাদা .... ... ...।

কুমুদ — হৈ তোম্পোক! নখোয়না মিঠাইবালদা অদিদা, করিনো
হা —? হৈ নুপীমচা চঙথ্রো-চঙথ্রো। (বাসন্তী চঙখিবা)
বুদু নখোয়! অনিবুনি ঐনা হায়রিবসে।

তোম — ঐদি য়াজপোৎ নত্তে অদুদা .... ...।

কুমুদ— অদুবু নঙস্থ অদুমঙায়দনা, করিগী নো ৷ খোয়না মিঠাই-রালা অসিবু হেক-হেক লরুরিবসিবু ? হা—মতুংদদি লরুবা য়াবা নত্তেকো। মহাকসে মরাইবক য়াম্না থীরবনি। নখোয়স্থ মসিগুম্না নোংমদি ওইরোই হায়-নীংঙাই লৈবা নত্তে। তৌগনু তৌহৈদবনি।

তোম— ( চঙ্গে তৌবা )

কুমুদ— হায় তোম্পোক রা হায়গে। ঙসিদি ইন্স্ফালদগী ঠিকাদার অমা লাক্কনি। অদুনা পোৎ-চৈ পরপ-পরপ লোইশিল্লু থবক ইনখাং লোইথোকউ। শীং অদুস্থ য়ামদ্রবনি খরা খায়দোকঅম্মু।

তোম— ( চঙখি )

কুমুদ— হায় নুংশি নঙগী মরুপস্থ থবক ঙহাক্তুং তৌরি অদুনা নঙস্থ ঙহাক্তুং ক্ষমখোদনা।

নুংশি— ফনি খুড়া ইবুংঙো।

কুমুদ— ঐস্থ ঙহাক্তুং পোথাক্রুখিগে। আ—মিঠাইরালা ক্ষম্মু-ক্ষম্মু। নঙগী করি-করি চানবা নচনবু তৌহনগে। (চঙখিবা)
[ মতমসিদা কান্ত ঠিকাদার রেডিও অমা পায়রগা চঙলকই। ]

কান্ত— আ—(নুংশিদা ) ইমুং অসিবু মী লৈতব্রা ?

নুংশি— (মুন্না য়েংলগা ) লৈবনি।

কান্ত— ( খরা চৎলগা ) ইমুং অসিবু কনা কনা লৈরিবগে ?

তোম— ( শীং খায়রুবগী শীংজংগা লোয়ননা চঙলকপা )

কান্ত— (পাখত্তুনা—মুংশিরোমদা চঙশিনবা)।

তোম— কনানো ?

কান্ত— ঐনি—ঐ—(কিন্তুনা লৈবা)।

তোম— অা—ইস্ফান্দগী ?

কান্ত— অহোয় (কিনা)।

তোম— ও! ইস্কান্দগী ঠিকাদার বাবু হায়বদো ?

কান্ত— মানি অহোয়।

তোম— ও! শোয়দবা তারে। লেঙশিল্লকউ লেঙশিল্লকউ।

কান্ত— (কিনা চঙবা) ও! শিরে (চোংথোকপা)।

তোম— ঐ শীং থাইরুবগীনে। করিস্ত তৌরোই। ঐ ইমুং অসিদা লৈবনি। ফরে ঐথোয় খুড়া কৌগে (কৌবা) ও! খুড়া ইবুংঙো ইস্ফান্দগী ঠিকাদার বাবু হায়বদো লাকএ (কান্তদা) লাকঅনি।

কুমু— (থোরক্কুনা) ও! ইবুংঙো নঙ য়ৌরক্লব্রা ?

কান্ত— খুড়াবু —

কুমু— ও! ফরে ফরে. রেডিওরা অদুনা ?

কান্ত— মানি।

তোম— রেডিও-গুম! বাবু ঙৈশৈ অমতা খোংবিয়ুবা ?

কুমু— হায় তোমপোক, করিনোনে মসিবু ফিদা ভাইরেনে।

তোম— এঃ খুড়া ইবুংঙো রেডিওবু তারবদি ফিদা য়াওহ্রবস্তু য়ারেদা (ফমথবা) মুংশিদা হায় ভায় লাওনে।

কুমু—হায় বুদ্ধ নঙনা ফম্লবা নত্তেনে। ইবুংঙো'সিগীনিনে, মসিবু—।

তোম— ও! ঐদি ঐগী ওইরবোই নীংঙুরে। বাবুগী ফম্নবা
ফিদা ঙাইরে ঙাইরে। (চঙখিবা)

কুমু— ইবুংঙো অনা-অয়েক লৈতেদনা?

তোম—(ফিদা থারবা)।

কান্ত— থোইদোকপা লৈতে।

তোম— সিদা ফমউ, (পীবা) বাবু ঈশৈ সুংশিবা অমতা—।

কুমু— হায় তোম্পোক নঙবু ভাব তাওনে। বাবুগী চা লোল্লুখো
চৎলুনে।

তোম— চা লোল্লুখো (চঙখিবা)।

কুমু— ইবুংঙোনা হন্দক ঐখোয়সোমদা লৌরিবা ঠিকা অসিবু
লুপা কয়াগীনো?

কান্ত— খুড়া ইবুংঙো পঙয়াম য়ামজদে। লুপা লাক ১, লিশিঙ
৫০ দংগীনি।

কুমু— ও! হায়রপ চাউরিবা থবক্নি।

তোম—(থোরক্লগা) বাবু ঐখোয়দা হোরেল লেকঅদবা নত্রা?

কুমু— হোয়নে ঐখোয়দা লৈরগদবনিনে। অদুবু করিগীনো?

তোম— বাবু চা-সি য়ারদি হোরেল নুংদাং থক্লসি। চা মনা লৈত্রে।

কুমু— তোমপোক মসিবু করিনোনে। অপঙ অসিদি করিগী
লৈতনি। ঙরাংদা ঐনা লৈরক্কুনা নচন্দা পীখিবদুদি।
মসিদি চৎলুনে থুনা তোরকউনে।

তোম—চা লোনবসিবু ঐবু নহানমখেদি ইবেম্মা মচানা লোল্লিদো।

কুমু— নচন অদু করি তৌরিবগে? মাবু চা লোনবা য়াদ্রো?

তোম—মাদি চাক থোংই।

কুমু—এঃ হৌজিক্কা চাক থোংলবা করিগী ?

তোম—আ—মাসু চাক লাম্মে-এ। অদুগা মিঠাইরাগা পীজনবা ওইরমাল্লে।

কুমু—অদুগা নঙ লোল্লুরো চৎলু।

তোম—( তম্না চৎখি )।

কুমু—ইবুংঙো পঙবসিনা লাক্লবা ওংস্নাক্না শাথীখে।

কান্ত—মরাইনা শিংজরকনি। (চুরুট য়েংবদা য়াওরমদবা) ইহে! ঐদি চুরুট নৈবা কাউরেনা। আ (মুংশিদা) ভায় হায়গদ্রা ইবুংঙো হায়গদ্রা করিগুম্বা অমত্তা হায়জগে।

কুমু -এঃ তোমপোক্কী মরুপ্নি, ইবুংঙো হায়বসু য়াই।

কান্ত—ও! অদুদি চুরুট উপু মমখক্তা নৈবিরকউ। ( লুপা ২, পীবা ) অরেম্বা অদুনা কৈনো অমা হেক চাবিরকউ।

মুংশি—( শাওনা য়েংবা )।

কুমু—হায়, চৎলু চৎলু থুনা লাকউ।

মুংশি—( তম্না চৎখি )।

তোম—খুড়া ইবুংঙো ঐখোয়গী তেকচাউদু কদায়দা চৎখে।

কুমু—হায় নচন্দা হংবা য়াদ্রা ? হায় ঙাইখো নঙনা তেকচাউ হংলিববু করিগীনো ?

তো—চা লোনগে তৌবা।

কুমু—করি, তেকচাউদুদা চা লোনবা। খুল কয়া থক্লবা চানো মসিদি...... ..।

তোম—মশ্বসিদ। ওম্ভোক্লা নুংঙাইখিদ্রে। চাউরবদি য়েংবদা উই অত্নগীনি।

কুমু—হায় বুত্ত চা লোম্নবা কেটলি অত্নদা অত্নম লোনবা য়াদ্রাও? চৎলু মসিদি চা গ্লাস অমা লোনবসিদা কয়া য়াম্না ঙাঙনখ্রবনো?

তোম—হোয় লোইজরগে। (মিঠাইরালাদ) অ তাদা মিঠাইরালা ঐ নুমিৎ তাখিদোরে চা অমুক্তা লোল্লুখিগে। নও শীং অসি মচেৎ অমতা থুনা খায়বিয়ু।

শ্যাম—(মুন্না য়েংলগা হোগৎপা)।

তোম লাকও। (চৎমিন্নখিবা)।

নুংশি—(চঙলক্লগা চুরুটকা পৈশাগা পীবা)।

কান্ত—ও! ৱারোবা য়াদে। পৈশাসিদি করি করি চাবিরো হায়রগা, ফরে ফরে (হাপচিনবা)।

কুমু—ইবুংঙো মতুংদা লাকপদস্থ ঐখোয়সিদা হেক্তা চঙবিরকউ। করি অমতা চিংনবিগনু।

কান্ত—য়াম্না ফনি খুড়া ইবুংঙো চংজরকনি।

তোম—(চা গ্লাস পায়দুনা য়াম্না শাবা ওইনা থক-থক নীক্তুনা চঙলকপা) ও! বাবু—চা, চা, শারে শারে।

কান্ত—(থুনা পায়গে তৌবদা খূৎ অনি থেংদুনা কান্তদা হৈজিনবা)।

তোম—ইহে (কম্হোরকপা)।

কুমু—ইহে মসিদি করি শারে। (শাওবা)।

তোম—চোৎলব্রা বাবু? (কম্হোকপা) শাবদুদা।

কান্ত— এঃ য়ানি য়ানি চোৎত্তেদা।

কুমু—তোক্তা ভোকপিরো ঐ তৌরগে। ইবুংঙো চা ফানবা ওইনা ইমুংদা পোথাক্রুরশি। হায় তোমপোক ইবুংঙোগী ফিরোল হোংদোক্লবা থুরো চৎলু। লেঙশিল্লশি।

কান্ত - ফনি চঙমিল্লখিবা) রেডিও থনস্বা)

নুংশি—(মখোয়না চঙখিবা অদু মুন্না য়েংলুরগা শাওবা) হে হে ইস্ফাল মচা মানস্ত! ঐবু ইবুংঙোকানা— ।

নুংশি— পাখঙ ঐবু কোয়বা লাকইবা খঙদবা শারদনা থিনদেকনীংগ্রেদা।

তোম—(থোরকই) ভায় নঙ চত্রি ফিদাদা কমউ। (মোরা থাবা)।

নুংশি— বন্ধু কদায়দগী চৎপা য়াগদগে। থবক্তি পাংথোক্তনা।

তোম— হোয়নে, ফরে ভায় ত্রপ্পা তৌরশি। খুড়ানা খঙলদি শাউরনি। ভায়! (রেডিওদা চঙদুনা মুন্না য়েংবা পায়বা। নৈদুনা শান্নবদা স্নইদা নৈরদুনা স্টেসন অমা ফাবা তোমপোক খংনা) হো ইমা শিরে! (নুংশিদা কোনবা মখোয়নি পুন্না ভুবা)।

নুংশি হেরা ভায় সিদি করি তৌরে?

তোম - হোয়নে। ভায় য়াম্না শাউরমলে। করি করিনো পঙলোন্দা লোল্লেরানি। মসিদি করম তৌনি? উম ভায় পোরোক পোরোক শৌরে পোখায়বা তারে। মসি বাবুদা তাকহৌদবা য়াদ্রে। (ইমুংদা) হো বাবু বাবু, থূনা থুনা।

কান্ত—(থোরকই) করি তৌরবগে?

তোম – তু-তু—য়াম্বা শাউরে শাউরে (তাকপা)।
কান্ত—এঃ করিস্থ তৌরোই ষ্টেসন ফাবনি।
কুমু—(থোরকই) করি তৌরবগে ?
কান্ত – রেডিও খোংবনিদা!
কুমু—ঐদি ইপা পাখংলুরে।
তোম—( মুংশিদগী ফিদা লৌরগা থাবা মুংশি শাউনা, য়েংবা ) বাবু সিদা ফমউ। ( মিঠাইরালাগী ফম্নবা থাবা ) ( মোড়াদু কুমুদতা থাদুনা ফমই ) বাবু ঈশৈ মুংশিবা অমতা তাসিবা ?
কান্ত—ঈশৈ। তাশি তাশি........।
তোম—মণিপুরগী ঈশৈ খোঙবিয়ু। ( লৈবাক্তা ফমথে )।
কান্ত—(ঘড়ী য়েংলগা) মনিপুরগী ঈশৈসিবু ......। ও। ঈশৈ—।
কান্ত—অমদি লৈরম্বা য়ারি। পুং তাদ্রি। ( থিবা ) লোই-থোকখিবনা হানবা তারব্রা ? ( মতমসিদা বাসন্তী থোরক্লুনা লেপ্লী ) স্টেসন ফারে।
রেডিও – আকাশবনি ইম্ফাল হৌজিক মথং-মথং ওইনা ঈশৈ অনি তাবিগ্রে। ঈশৈ অসি ঐখোয়না তেব রেকোর্ডতা লৌজহৌবনি। হৌজিক অমুক অরোইবদা তাবিরসি শ্যামলাল মশামক্কী খোস্থোকতা ঈশৈ অমগা অমুক।

ঈশৈ

[ ঈশৈদি মানা চৎলমদাইদা মচাদা শকলম্বা ঈশৈ অদুনি। ময়ামস্থ মুংঙাইনা তারি। ঈশৈ তংখায়

চল্লকপদা শ্যামলাল শীং খায়রুবগী হূমাং তৈথোক তৈথোক্লা চঙ্কলরুপা ঈশৈ তারি। ঈশৈ অসি তাবদা মাগী থম্মোইদা করিগুম্বা 'মা নীংশিংলকপগুম তৌরি। মশ্যা অদু থক-থক নিকই। শ্বর মপি হোল্লি। তানা তানা মমিত্তগী মপি তারকলি। মহাকমক্লা শকখিবা ঈশৈ অদু মহাক ভাব তারকলে। জ্ঞান তারক্‌না খাঙবা ঙমদবা থো.ঙ্গন্না লাওবগা পোইননা চেনশিন্দুনা রেডিওদা পায়রে ]।

শ্যাম ও। (লাওবা) ঙাইখো! ঈশৈ অসি খামউ।

ময়াম –( ঙক্লা য়েংদুনা লৈবা )।

কুমু –করি তৌরে মিঠাইব্রালা ?

শ্যাম –হায়বিয়ু ঈশৈ অসি কনানা শকপনো ? অমুক্তা তাক-পীয়ু. ঈশৈ অসি ঐনা শকপনি। ঐগী ঈশৈনি।

কান্ত—ঈশৈ অসি ইম্ফালগী স্টেশনদা শকপনি। শকইবা মীনা শ্যামলালনি।

শ্যাম –শ্যামলাল হা-হা-হা শ্যামলাল হায়বদো ঐ ইশামক্রী। ঐ মক্লা শকপনি।

ময়াম—( ঙকনা য়েংবা )

শ্যাম –অদুবু ঐনা কদায়দা লৈরিবা ? অদুগা মফমসিনা....।

কুমু মিঠাইব্রালা নংবু ভাব তাও। শকইবা নিপা অসি অফাওবা নিপা অমনি। মহাক্লা রেডিওদা শকখিবা ঈশৈনি। অদুগা নওনি হায়রিবা অসিনা করিননো ?

শ্যাম– খুড়া ইবুংঙো ঐবু ভাব তাজদ্রে। নত্তে ঐবু মংলা তাইবংলা? ………ও……… ( মমাইদগী হুমাং কৈথোকপদা মকোই থেংনবা, শম শাংবা মাবা ) নত্তে নত্তে, ঐ ঐ কোই চোম্লবা, শমস্থ শাংলবা, হসি নোংমদা ঐগী ফিভম হোংলবা ……… ………ও………!!

কুমু—নত্তে মিঠাইরাল ঐবু ভাব অমতা তাদ্রে। নঙনা লৈরক-লিবসি চহি ৪/৫/৬ তি শুরমলনি। করম্না লাকপা করি তৌবা হায়বদো ঐখোয় কনামতা ভাব তাদে নঙোন্দা হংলবস্থ নঙদি ভাব করিমতা তাদে। নঙনা অঙাংশিংদা মিঠাই য়েনযা তদুদা ঐখোয়না নঙবু মিঠাই য়োনবা মী ওইরম্বা তারে হায়দুনা মিঠাইরালা কৌবনি।

শ্যাম—খুড়া ইবুংঙো চহি ৫/৬ কৌখ্রবা! ও…… য়ুমদা করম্না লৈরমগনি। খুড়া ইবুংঙো ঐস্থ ইম্ফালদগী নি ঐদি লাই-রবা মীশক্নি। শবক শূবা লাকপনি। অদুবু ঐনা তৌরিবা অসি করিনো? চুম্মী, ঐবু থাজবিদবা য়াই। ঐ রেডিওদা ঈশৈ থর শকচরম্মী অদুবু লাইরবা মরম্না মতু থাদোক্লয়গা শেল তানবা লাকচবনি। শ্যামলাল হায়রিবা নিপাদু ঐ ইশামক্নি।

বসন্তী—( ভুসাইমথৈ মিৎ বুগ্না য়েংলম্বদগী মমিংগী মপি ) তারক্লে। মচীন্দা শোল্লি—শ্যামলাল!!

কুমু—উম! নহাক্না হায়রিবা অদু চুম্লম্বা য়াই। অদুবু নঙনা মফম অসিদা করম্না? অদুগা নঙগী ফিভম অসিনা………?

কান্ত— খুড়া ইবুংঙো ঐনা নীংশিংলকপা অমা লৈরে। চহি খরগী মমাঙদা ইম্ফালদগী প্লেন তোংদুনা চৎখিবা থবকশূবা অতৈ অতৈ মীশিংদু প্লেন এক্সিডেন্ট থোক্লুনা মী মান্না শিরে হায়না তাখি। অদুগা খরা অমনা থিবা ফংদে হায়না তাজে। মহাক অসিসু মদুগী মমুংদা অমা ওই-রমগদ্রা খল্লি।

শ্যাম—মানি, মানি শোয়দ্রবনি। প্লেন তোংদুনা ঐ থবকশূবা লাকপনি। অদুদগী ঐ করম তৌখ্রবা খঙদ্রে। নত্তে হৌজিক ঐ য়ুমদা করম্না চৎকনি।

কান্ত—মরুপ হায়গদ্রা, খুড়া হায়গদ্রা. চৎপদি ঐগা খুড়াগা হয়েং চৎকনি। মত্তুদা পাঙ অমা পীজরম্লগে পুন্না চৎমিন্নবা য়াবনি অত্তুদা হন্না খঙদবনিনা খুড়াগীদা টিকেট লৌরক্লে!

কুমু—রাফম অমা লৈরে। মরাইবক থীরবা নিপা অসি ইমুংদসু মহাকপু শিখ্রে হায়না লৈরমলগনি। অদুনা মহাকপু থুনা ময়ুমদা য়ৌহনবা ফৈ। ঐনা কোন্না লাক্লগা ঐগী ইহুত্তা মহাকপু চৎহনসি।

শ্যাম খুড়া ইবুংঙো নচা শক্লবা ঐবু নুংশিবিবা অসি পুন্সি চুপ্পা কাউজরোই। ঐবু য়ুমদদি য়ৌহনবিয়ু! খুড়াগী নখোঙ পায়জরি।

কুমু—করিনো করিনো তৌহৈদে তৌহৈদে। নঙবুদি হয়েং শোয়দনা য়ুম য়ৌহনগনি। রাগমু পুন্নমক ঐনা শীনগনি। ইমুংদা চঙহ্না নক্কি-নয়োল হোংদোক্লুনা

পোথানবা তৌরু। ঐখোয়নদি নঙবু খঙদবনিনা নঙবু অঙাওবনি হায়দুনা নত্ত-নত্তবা থবক কয়া তৌখে্রদো।

শ্যাম—খুড়া ইবু'ঙো হৌনবনি। অমরোমদা খুড়া ইবুংঙোখোয়গী ইমুংদা ঐগী পন্থুংফম ওইরম্বসিমক পুন্সিসিমগী লমন তোল্লবনি।

কুমু—( মুংশিনা ) মুপীমচা নঙ তাদগী পোথানবা চাক ঈশিং নীংথিনা তৌবিয়ু। চঙলো চঙলো।

শ্যাম-( চঙখি )।

কুমু—হায় তোমপোক নঙস্থ নচলগী মতেঙ থরা পাংবিরুচোদনা?

তোম—কিজৈবো ফূরকঅবদি?

কুমু—হায় মসিদি করিগী ফুগদৌরিবা? অঙাওবস্থ নত্তনা।

তোম—নহানমথৈদি হায—থবক অড় তৌ, শীং অদু খায়য়ু হায়-দুনা শৃহল্লি। অদু মানা শাউরম্লবদি।

কুমু—চরনহৈ। মী করিস্থ থঙবা নত্তে। যাম্না ফবা মীনিনে। চঙলো চঙলো করিস্থ হায়রোই।

মুংশি—ঐস্থ য়োরগে খুড়া ইবুংঙো।

কুমু—ও! নঙস্থ চৎলগে হায়ব্রা? ফরে ফরে কোম্না নঙগী মরুপকা ব্রারী শারো। ঙসিদি মহাক থবক থরা চিল্লে, য়োরো। ( মুংশি চৎখি, কান্তদা ) ইবুংঙো মীওইবা হায়বসি অসি ওইরে হায়নীংঙাই লৈতেদা। অঙকপা ঈশ্বরগী লিলা হায়বদু ওইরে।

কান্ত—ময়াইবকস্তু থীরবা লাইরবা মীপক অমস্তু ওইরবা করম্না অসুক খুদোংথীবা অনি ওইরিবা ?

কুমু—অসি ঙাক্তনি মীওইবা হায়বসি। লাইবক্তবু তমথ্রবদি খেৎপা লাকপা য়াবা নত্তে। অদুদি ইবুংঙো ঐখোয় অনি নহান হায়নবা মীশিংদু অমুক্তং উনরুসিদো ?

কান্ত – হোয় অমুক্তং উনরম্বনা ফবা তাই। অদুদি লেঙথোক্লসি····।

কুমু—হায় তোমপোক রেডিও অসি থরা লৌশিল্লু। (থোকখি)।

তোম—( থোরক্লগা ) ( রেডিওদা মুন্না য়েংই )। ঙসাইদৌনা কোক হেক তৌরক্লবদি ইকায় কায়দুনা তোক্লনিসে। ( থনবা ) উম্! য়াম্না ফবা অমা লৈরে। নঙ শাউরক-কনুকো ( মোড়া অদু পায়দুনা, রেডিওদা পায়দনা থাংবা কিনা ) চঙখিবা ঙাইহাক লৈরগা শ্যাম চঙলকই।

শ্যাম—মীওইবগী পুন্সি অঙকপা হায়বদু ওইরে। চহি ৫/৬ অসিদা ঐগী ইমুংদা মখোয়না করম্না হিংদুনা লৈরমগবা ? করি চাদুনা লৈরমগনি। ঐবু শিথ্রে কায়দুনা শোয়-দনা লৌরম্লগনি। অদুগা ঐগী ইচান্নপী শান্তিস্থু চাউ-রম্লগনি মাগীদমক ঐনা করি পুবিগনি। ( থনবা ) উম্! মানা চৎলমদাইগী মতমদা বাবা ঐগীদি মিঠাই অদুগা ইবুংঙোমচাগীনা শঙ্গোম! ও! ঐনা কদাইদগী করি তৌরগা ইচাগী করি করি লৈবিগনি। কনানা ঐগী ইতেঙ পাংবিগনি।

বাসন্তী—(মনুংদগী) ঐনা মতেঙ পাংজগনি। ( থোরকই )।

শ্যাম—বাসন্তী নঙনা ঐগী ইতেঙ পাংবা? অডুবু……..।

বাস—ঐহাক অসি নহাক্কী মতীক চাড্রবা নচন অমনি হায়না খনবিবদা ঐহাক্কী মৈচাক খরদম্ম কোকনি।

শ্যাম—বাসন্তী -! করম্না করিগী মৈচাক?

বাসন্তী—স্নেংবিয়ু নহাক অসিবু নহানমথৈ চহি ৫। ৬ অসি ইবুং অমগুম্না লোয়নজরকই। নহাক্কী ঈশৈ তারগা ঐহাক্কী অম্বাবা পুন্নমক কাউরম্মী। মীনা নঙবু অঙাওবনি হায়। ঐস্মু মদু থাজৈ। অডুবু ঙসিদি খঙহৌদনা নহাক্লা ঐগী থম্মোয়বু থুগায়রম্লগা হন্দক মপোকসিমগী ঙসিদগী বিদায়……. ! !

শ্যাম—বাসন্তী……থাঙঙমদ্রবা ৱাহৈ অডু ইবুংগী মফমদা অমুক তাহল্লগনু। ঐগী থম্মোয় অসি পুবা ঙমদ্রে অচুম্বনি ঙসিনা নঙ-ঐ (ইচন ইবুং) উনবগী অরোইবা নুমিৎনি। অডুবু নুংশিজরবী ইচন নহাক্কী লমন্দি মপোকসিমগী তোল্লবনি!

বাস—ঙসি ঐ করিগুম্বা অমতা নিজগে। মসিবু পীনবিরোইদ্রা?

শ্যাম—বাসন্তী……..মচম্না মবুংগী মফমদগী নিবদা করি পীরোই-দবা লৈবা হৌনবগে? হায়য়ু চিংনদনা।

বাস—(মপি ঈৱা চেন্দুনা) ঙসি ইবুংগা উনবা অরোইবা নুমিৎ অসিদা নুংশিরবা ইবুংগী ঈশৈ অডু অমুক্তা তাহনবি-রমউ। মদুনা নচন ঐগী পুন্সিগী বিদায় ওইজগে।

শ্যাম—বাসন্তী অডুগীদমক্তা ওইরে। করে ঙসি ঐনা ঈশৈ

শক্লমদবদি ইচনগী থম্মোয়দা ঐবু রারৌহৌবা তারে। ফরে ইবুং ঈশৈ শক্লগে. তারো ঙসিনা লাইরবা নবুং অমস্তুং ইচনগী অরোইবা !!

ঈশৈ

ঙসি অহৌবা পুন্সিগী অয়ুক্তা
লৈচিন নোংফাইনা কূপখরে অত্তিয়া
মঙাল থোক্লুবা ঐগী থম্মোয়দা
পুন্সিগী নীংঙমদবা কয়ানা
ওইরেদো থাসিগী অহিং !!

বাসন্তী—( কপ্না কপ্না ) তামো!

শ্যাম—
চাক্লা চাক্লা লেল্লনি পুন্সি
য়েংনা য়েংনা তামখি মাদি
উবিরোই তাবিরোই থম্মোয় মৈচাকসে
লাক্লেদো পুন্সিগী অরোইবা মতম !!

বাসন্তী—( থাঙবা ঙমদনা ) তামো শ্যাম ওকএ মথা তাবিরগনু ঐ তাবা ঙমলক্লে।

শ্যাম—বাসন্তী করিগী কপলি? ঈশ্বরগী লিলানিনে। নঙ ঐনা থঙবা ঙম্বা নত্তে।

বাস—অদুবু তামো মরাল লৈজদ্রবী ঐবু কায়না মৈচাক পীরিবসি করিগীনো? মসিবু ঈশ্বরগী লিলানি হায়বা।

শ্যাম—অশেংবনি। ঈশ্বরগী লিলানি। মহাক্তনা থঙবা ঙম্মী। কনানা থঙবা ঙমগনি।

বাস—তামো নহাক্না ঐবু মতম খুদিংমক্কা কাউবিগনুকো। লাপ্লবা লমদম অমদা মরাইবক থীরবী মচন অমা লৈ হায়বসিতনি ঐনা হায়জগদবা ॥

শ্যাম—কাউরোই, ঐগী পুন্সিদা নঙবু কাউরোই।

বাস—হয়েংদগীদি তামোগী নুংশিরবা ঈশৈ অদু তাররোইদো।

শ্যাম—বাসন্তী—! ( ঙক্না অমসুং নুংশিনা )

—লাইট ওফ—

———

২ শুবা শরুক

৩ শুবা উৎপা

মফম—য়ুম

[ শ্যামলালগী হান্নগী য়ুম। য়ুম অসি মী লৈতবগী হৌনবা রাই য়াম্না চাইরে। মিরাং কয়ানা মী চঙবা য়াদবমখৈ লৈরে। উচেক-রায়াগী লৈফম ওইরে। ফকলাংগী লৈবাক রাচেৎ কীন্থরে। মতম অসি নুমিৎ তারমদাইগী মতমনি। শ্যামলাল ফি ময়োম মচা অমগা চঙলকই। য়ুমগী ফিভম অদু উবদা ঙক্কুনা য়েই। অমসুং চিংনবগা লোয়ননা থল্লকই ]।

শ্যাম—করিনো য়ুম অসিদি মী লৈবগী মওং নত্রেনা। (কৌবা)
শান্তি-শান্তি ( উচেক পাইথোরকপদা শ্যাম ঙকই )।
নত্তে মখোয় অদুবু কদায়দা চৎপ্রবনো ? (চঙহুনা) ও!
শান্তি-শান্তি ইপাগী ইবেম্মা! কনা অমতা খুমলক্রব.!
নত্তে—ঐনা চিংননা লাকপগা য়ুম অসিনা তৌরমলিবা

অসিগ। (ইমুংদা চঙদুনা কৌবা) শান্তি শান্তি ! ইপাগী ইবেম্মা ! ইপা লাক্লে। (খুমদবা) কনামতা খুমদ্রে। (থোরকই) শোয়দ্রে মখোয় লোইনা চাদবনা শিরম্বা তারে। (কৌবা) ললিতা লালতা ! নখোয়বু কদায় কদায়দা চৎগ্রগে ? ঐনা কৌবসিবু তাদ্রবরা ! ঐ লাক্লে। ও ! তাখে কনা অমতা লৈত্রে, নত্তে যুম অসি মতম কুইনা মী লৈত্রবা য়ুমনি . মখোয়না কদায়দা ? (ইমুংদা চঙখিবা মচানুপীগী চিন্তামনি, থেংনবা পুথোকপা) সিদি কারিনো ? (য়েংবা) চিন্তামনি, মানি শোয়দ্রে ! শোয়দনা ওইগনি। ও ! নখোয়বু চাদবনা শিরব্রা? মখোয়বু শিগ্রবা ! ও ! ঐনা কনাদা হংবা ! কনাদা থিবা ? (মতমসিদা তোচা চঙলকই। মুন্না য়েংই )।

তোচা—কনানো ?

শ্যাম—ও ! (মুন্না য়েংলগা) ঐনি নঙ কনানো ?

তোচা—ঙাইখো (মুন্না য়েংলগা) নঙ কনানো ? অমুক্তা হান্না হায়খো। নত্তে নঙ ঐগী.............. ..।

শ্যাম—(মুন্না য়েংলগা মোমোন নোক্তুনা ) ইয়াম্বগী ইবুংঙো তোচা নঙ ইয়াম্ববু খঙদ্রব্রা ?

তোচা—তাচৌ ( চেনশিন্দুনা কোনবা )

শ্যাম—ইয়াম্বগী ইবুংঙো ! (কপই)

তোচা—তাচৌ মতম অমুক কুইবা অসি কদায়দা চৎলুরে ঐখোয়দি তাচৌ শিরে হায়দুনা.......।

শ্যাম—ইবুংঙো ইয়াম্বা শিদে। ঈশ্বরগী থৌইনশিন অমনা ইয়াম্বা মতম থরা মাঙনুরে। কৌক্রিক্লি ইরাম্বা লাক্লে। হায়য়ু নতৈমখোয়, শাখিখোয়দি কদায়দা চৎথ্রে? য়ুম অসিদি মী লৈতবা মতম কুইরমাক্লে।

তোচা তাচৌ (হায়বা ওমদবা) মখোয়দু লৈ অদু.........॥

শ্যাম—করি তোচা মখোয়বু থিংলিবা? হে ঈশ্বর ননাইগী অল্লাবা কোক্লে। হায়য়ু তোচা মখোয়দু কদায়দা লৈ।

তোচা—তাচৌ ইতৈমগা ইবুংঙো মচাগদি তাচৌনা উবা ফংগনি।

অদুগা শান্তিদি (হায়বা ওমদবা)

শ্যাম—করি তোচা শান্তি। করি তৌরবা!

তোচা—তাচৌ শান্তিদি উনবা ফংলরোই।

শ্যাম—করি শান্তিবু উনবা ফংলরোই হায়বা? করিগী? মহাক্কী ঐনা মিঠাই, করি! করি' পুরকলিবা সিদি?

তোচা অদুবু তাচৌ শান্তিদি ঐখোয় পুন্নমকপু থাদোক্লমহৎনা সংসারদগী বিদায় লৌখ্রে।

শ্যাম—(ওক্লা) করি ঐগী ইচা শান্তিবু শিরবা! অদুদি ঐনা পায়রিবা চিন্তামনি অসি মা............!!

তোচা—মানি তাচৌ শান্তিগী চিন্তামনিনি।

শ্যাম—মানি (মুন্না য়েংলগা থাওবা ওমদনা) শান্তি! ইপাগী ইবেম্মা (চেৎনা কোনবা) ইপাদি মাঙলদনা য়েংউ ইপা লাক্লে। ইপানা নঙগীদমক মিঠাই ফিরোল পুরক্লে। লাও—ইপাগা মিঠাই চামিন্নখিসিনে। ইপাগী ইবেম্মা

ঐনা য়ুম য়োরগা ইচাগী মায়থোং উরগনি খন্দুনা হরাওরম্বা অদুবু নঙগী চিন্তা অসিনা ঐবু করি তৌ হায়রিবনো ? ও ! ইপাদি ওম্মোক্লা নীংঙমদেদা (তোচাদা) ইয়াম্বগী ইবুংঙো হৌজিক্কি হায়রো নতৈমখোয় কদায়দা লৈবগে ইয়াম্বা য়ারে। ঙহাক্কা পোথাগে। নত্তে নঙগী য়ুমদা নতৈমখোয় থম্মীব্রো ? হায়য়ুনে নঙনা তুমিন্না লৈরি-বসিবু করিগীনো ?

তোচা তাচৌ ইতৈমখোয় ঐগী য়ুমদা লৈতে মখোয়দি……… ॥

শ্যাম - নঙগীদা লৈতবা ! অদুদি কদায়দা ?

তোচা - তাচৌনা চৎখিবা খরা লৈরগা ঐস্তু গাড়ী থৌবা লেপ্লে নোংমা ঐনা লম্বীদা লাকপদা শান্তিবু তুড়না লৈবা উত্তনা ঐনা য়ুম তান্না খিঞ্জরুই। মহাক্তি অদুম শিখ্রে।

শ্যাম—ইচাবু ?

তোচা—কমলনা চান থরুবা শেলনচিংবা পীবদা ইতৈমনা লৌ হায়বা য়াদমাল্লে। তাচৌস্তু শিরে-হায়রেদো শান্তিনা চাদবনা শিখিবা অড়দা ইতৈমনা পীক্লিবা অঙাং অদুগী দমক্তা থনবদগী কমলদা লৈখে।

শ্যাম— করি ললিতাবু—কমলদা লৈখ্রবা !! ও……… । ঐগী সংসার লোইরে। ইচান্নপী অদুস্তু লৈত্রবা ? অদুগা মহাকপু ………… ? ঐনা হৌজিক হিংলুড়না করি কান্নফম লৈরি ? শিবনা ফরে। তোচা, শিবনা ফরে। কনাস্তু লৈত্রবা য়ুম অসিদা ঐনা লৈরুতুনা করি কান্নগনি।

অদুনা ইবুংঙো ইয়াম্বা চৎলগে। চীং-মান্দা চত্তুনা পুন্সি লেল্লুরগে।

তোচা—তাচৌ ঙসিদদি ইচিন ইনাও রারি শাখিশি। অদুগা তাচৌ যুম অসি ঐনা নুংতিগী য়েংজরিবনি! ইতৈমগী মরালস্থু লৈতব্রা খল্লি। তাচৌনা লৈখিদবা অদুগা শাস্তিনা লৈখিদবা ’সিদা পীক্লিবা অঙাং অদুগীদমক্তা জীব হিংনবা কমলদা লৈখিবনি। কমলদা লৈগ্রবা তুংদা তাচৌ মীনা শেল পীরকমাল্লে। মদু ঐবু কৌরগা ইতৈমনা ঐঙোন্দা পী। ঐনা শেল অদু ইবুংঙোমচাগীদমক্তা থমহনখ্রে। অদুনা তাচৌ, শিখ্বা তাচৌনা কল্লকপা অসি ননাওগী নুংঙাইবা ঙমখৈ লৈত্রে। চারবস্থু চাপ্রবস্থু তাচৌগী সেবা অমুক্তদি ফংহনবিয়ু।

শ্যাম—থরাই য়াওদ্রবা মরু ফুক্লবা হকচাং অসিবু কয়া কুইনা হিংতুনা লৈবা ঙমখিগদগে? ঐ-হিংতুনা লৈবা পামদে। পুন্নমক অসি ঐ য়েংতুনা তাতনা লৈবা ঙমলোই। ঐ শিবনা ফৈ। হে ঈশ্বর, ননাইবু করিগীদমক্তা ডাগ্রবা ফহল্লিবনো? ঐবু হান্নগুমনা ডাওহনবিরো। ঐগী মিৎ অসিনা অসিগুম্বা অসি কয়া কুইনা য়েংতুনা লৈখো হায়বগে? ঐবু লৌশিনবিরো।

( মরায়বক্তা খুতুমনা শুবা )

তোচা—নত্তে তাচৌ, মীবু রাদনাঙাক লৈবা হৌনব্রা? সে তাচৌ ফম থাগে ঙকাক পোথানবা!

শ্যাম—তোচা ঐনা'সিদা করি তৌরুনি ? ঐসিদা লৈরগা অকায়বা খরা লৈ। অদুনা ঐ লাপ্না চৎল্লগে। অদুবু ঐগী অমতা ঙায়রবা ইচা অত্ত অমুক্তদি য়েংজনীংখে্রদা চাউরমললগনি। ঐবুস্ত মহাক্না খঙলরোই।

তোচা—তাচৌ ইবুংঙোমচাবু উন্ননবা ঐনা শোয়দনা শীঙ্গে। ঙসিদদি পোখানবা তৌবিয়ু। ঐ চাক-ঈশিং থোংনবা থৌরাং তৌখিগে।

শ্যাম—করি তৌরুনি চারুদুনা। চাররোইদা চাক তোচা, ইয়াম্না শিবা ঙমরা য়েংলগে। ঐগীদমক্তা খল্লুনু চৎলো চংলো। নঙ থেঙখ্রগনি। মাঙ্গোল মচি অসিদা স্তম লেল্লগে। হয়েং নোং ঙানবগা ইয়াম্বগা উন্নসি।

তোচা—য়াদ্রবনিনা ফরে তাচৌ। ঐ ইবুংঙো মচা উন্ননবা শোয়দনা তৌজগে। ঐস্ত হল্লগে।

শ্যাম—ফরে নঙস্ত য়োরো। (তোচা নুংঙাইতনা চৎখি। শ্যাম্না পুরকপা (ফি ময়োম অদু মোন খাংদুনা হিপ্না। মমাং-ঙৈগী রারি কয়া নীংশিংদুনা অরাপা কয়া খাংদুন অহিং অসি লেল্লি।)

- লাইট ওফ—

——— — —

## ২শুবা শরূক

## ৪শুবা ভংপা

### লক্ষ্মী

শ্যামগা তোচাগা য়ারি শাদুনা খোয়কই।

শ্যাম—তোচা ইয়াম্বু মফম কদায়দা ঙাইরম্মুগে ?

তোচা—তাচৌনা লক্ষ্মীসিদা ঙাইবিরম্মু। ঐ মখোয়দা অমুক্তা চংজরুখিগে। করিগুম্বা তাঞ্জা ফংলবদি তাচৌবু কৌজরক্কে।

শ্যাম—ইবুংঙো নঙনা উপায় অমা তৌদুনা ঐগী ইচা অদুবু ঙাসিগী নুমিৎতা উনহল্লু। অদুগা নঙনা নত্তেমগী মফমদা খঙহনবদি য়াদেকো।

তোচা—(লাপ্না বীরেন লাকপা উবা) ঙাইখো তাচৌ, ইবুংঙো স্কুল কুমলক্লে।

শ্যাম—হা! ইবুংঙো স্কুল কুমলক্লবা কদায় ? (য়েংবা) নত্তে তোচা, আদা লাকইবা অসিরা ? ঐগী ইচাগুবু অসির ?

তোচা—মানি তাচৌ ইবুংঙোনি।

শ্যাম—মানি (মুন্না য়েংবা) তোচা ওস্থোক্না চাউরেদা মচেগী শারেপ ফংলে। তোচা য়োরক্লে নঙ অমুক্তা থাম্মু। ইচাগী শক্তম ঙ.সি অমুক্তা পেন্না য়েংহৌগে।

বীরেন—(লাইরিক তম্বা কারুবগী কুমলকপনি। খোংগ্রাও অককপা ফুরিৎস্থু অককপা লীৎলি লাইরিকনা থাও অমদা য়ান্দুনা চঙলকই।)

তোচা– ইবুংঙো নঙ স্কুল চৎলুরিব্রা ?

বীরেন—কাকা ঐ স্কুল চৎলুবা।

তোচা—ডাইখো ডাইখো কাকা ৱা হংগে।

শ্যাম—( মচাবু চাগদগুম য়েংই, মচাগী শক্তম উজবদা মুংঙাইবা পোকই।

বীরেন—করিনো কাকা ?

তোচা—নঙবু লাইরিক কয়াম হৈরবগেনে ?

বীরেন য়াম্না হৈরে। তু! লাইরিক য়াম্না পুরিবসি উদ্রা।

( লাইরিক য়েংহন্দুনা নোকপা )

তোচা—হা হা হা ( নোকপা ) ইস্! য়াম্না হৈরেদনা, ফরে ফরে, লাইরিক কন্না তম্মুকো। য়েংঙোই (শ্যামদা থিন্দুনা) নঙ অসি খঙব্রা ?

বীরেন—(মপাদা মুন্না য়েংলগা) কাকা খঙদেবো।

শ্যাম–(মমিৎতগী মপি তারকপা)

তোচা—হায়মা বীরেন, নঙ অসিবু খঙদবা মুন্না য়েংউ।

বীরেন—(মুন্না য়েংই, খঙদে (মঙক হাইবা)

তোচা—নঙনা মহাকপু মশক খঙদ্রে। মহাক অসি নহাকী ন……… ………!!

শ্যাম—( মরক থৎতুনা ) তোচা আঃ—আঃ ( বীরেন্দা ) মিঠাই য়োনবা ( মিঠাই লৌথোকপা ) সে সে চাও।

তোচা—তাচৌ !

বীরেন হুং ইমানা—শাউনি।

শ্যাম—ইমানা শাউনি। কয়াদা নুংশিখ্রবনো। সে চাওনে, নমানা করিস্থ শাউরোই।

তোচা—ইবুংঙো, লৌ লৌ ইমানা শাউরোই।

বীরেন—( মিঠাই কিনা লৌই )।

শ্যাম—ইবুংঙো নঙবু অমুক্তা কোনগেবা, ঐগীসু নঙগুম্বা ইচা অমা লৈরমই। অড়বু মফম খঙদনা মাঙখ্রে। লাও নঙবু অমুক্তা কোনগে।

বীরেন—হুং, কিজে। ( হন্দোকপা )।

শ্যাম—( নোক্তুনা ) ঐবু কিবা ? করিগী কিরুনি, কিগনু লাও—অমুক্তা কোনগে। য়েংউ—ঐনা নঙগী মিঠাই তক্তুনা পীরক্কনি। ( ভাইড়ুনা লৈবা )

তোচা—ইবুংঙো চঙউ—করিস্থ তৌরোই। মথাক্কী মচা মান্দুনা তৌরিবনি চঙউ।

শ্যাম—লাও, ইবুংঙো লাও।

বীরেন—( মুন্না য়েংলগা তপনা তপনা চঙলকই )

শ্যাম—( হরাও নুংশি য়ান্ননা মচাবু ভাইড়ুনা লৈ )

বীরেন—( শ্যামগী নাক্তা চঙই )

শ্যাম—( মচাবু চেৎনা কোল্লগা উহন্দনা কপই, ইবুংঙো ইপাগী ইবুংঙো নঙ লাইরিক কন্না তমউকো। নমানা হায়বা ইল্লু। মীগা খৎনগনু।

বীরেন—কাকা মিঠাইয়োনবসি কপ্লে। ( কপ্লি কপ্লি তৌই )

শ্যাম—( মপি শৎ তৈথোক্লগা ) নত্তে নত্তে, ঐ কপ্তে, কপ্তে ঐ।

বীরেন—(কপ্না কপ্না) কা-কা—ঐ চৎলগে। মসি ঐ উরগা কপই।
ঐ মাবু কিরে। কাকা ঐ চৎলনি ( চেনখিবা )

শ্যাম বীরেন - ইবুংঙো অমুক্তা ঙাইখো ( কৌবা ) ও! চৎথ্রে ( মচানা চৎখিবা মায়কৈদা য়েংহনা লৈ, নীংঙমদনা মিৎতগী পি তারকই ) মহাক অসিবু ঐগী ইচা........ ওন্থোক্লা চ উরমলেদা, মতাং অসিদা ঐগী ইচা নুপী শান্তি অদুতংগা মাঙদা লেপ্তুনা লৈরম্লবদি ঐনা কয়াদা নুংঙাইজগবা অদুবু পুন্নমক মাঙখে —( কপই মতমসিদা কমল তুমিন্না রা তারমই )।

তোচা তাচৌ নঙনা ইবুংঙো মচা উরগা, ঐনি নঙবু পোকপা নপাদি হায়না তাকপিদ্রিবা করিগীনো ? করিগী মিঠাই য়োনবনি হায়বিবগে ?

শ্যাম - উন চুমই তোচা, সমাজ অসিদা লুরবা অমা লৈ, ঐ ভাসি শিখ্রবনি, অদুগা মহাক্লা অতোপ্পা অমদা ময়ূম পানখ্রবনি। ঐ হিংলি হায়বা খঙখ্রবদি মহাক্লা করি ওইগনি, অদুগীম্ব মথক্তা মহাক্কী মপুরোইবা অদুনা করি খনগনি। অদুনা তোচা ঐগী অশেংবা পরিচয় তাক্কদবদি নঙতনিনে।

তোচা তাচৌ নহাক্কী রাখল অসিদি!

শ্যাম—অদুগা নঙনা মসি কনা অমদা হায়দোকপা য়াদেকো। অদুগা ঙসি ঐনা চক্রিভৈগী মমাঙদা ললিতানা করম্না লৈরিবা হায়বসে লোম্না অমুক্তদি য়েংলমগে। পূম্নমক

অসি মপুঙ ফারগা ঐহয়েং নোংঙানবদা নখোয় পূম্ন-মকপু থাদোক্লমলগা লাপ্না বাদায় লোখ্রগে।

তোচা—ফরে, তাচৌ ইতৈমগী ফিভম অদু য়েংবিখো। লৈববুদি নুংঙাইনা লৈ হায়ববু ঙসি ফাওবদা রাখলদি অরাবগী শরূক কোকত্রি।

শ্যাম—ফরে অদুদা ঐনা কঃম্না চঙবা (খনবা) উম্—য়াম্না ফরবা অমা লৈরে, মিঠাই য়োনবা শারগা।

তোচা—মিঠাই য়োন্দুনা ?

শ্যাম—উম্ মিঠাই য়োনবা শাদুনা ঐনা ঐগী ইথৌ পাঙথোক্লনি। কনামতা খঙহল্লম্মোই।

তোচা—অদুদি চৎলসি তাচৌ।

শ্যাম—উম্ চৎলসি লাকও (মখোয় অনি চৎখিবা)

কমল—(থোরকই, লুমডুনা তারম্বদগী, মখোয়না চৎখিবা মায়-কৈদা মুম্না য়েংহৌরগা রাখল নুংঙাইতনা থোকখি)।

— লাইট ওফ —

———

২ শুবা শরূক

৫ শুবা উৎপা

মফম—কমলগী য়ুম

(ললিতা ফি অমা ফোৎতুনা লৈরমই। মহাক্কী মমঙদা শ্যামবু উরম্মী হায়বগী নুংঙাইতবা রাখল খল্লমই)।

ললিতা—করিনো ঙসিগী মঙ অদুবু ওইথোক্তবা থৌদোক কয়ানা ঐগী থম্মোয়বু কায়হল্লমই। মতম কুইনা উখি-দ্রবা শিগ্রবা ঐগী ইপুরোইববু ঙসি ঐনা উরম্মী। মোৎলবা শেগায়রবা ফিরোল শেৎলগা "য়েংউ ললি। ঐ লাক্লে। য়েংউ, ঐনা ইচাশিংগী লৈরক্লিবা মিঠাই" হায়দুগা লোয়ননা পিরাংনরবা মিংয়েংনা কয়াদা মুক্ক য়েংলম্বা! (মতমসিদা বীরেন চেনশিল্লকই)।

বীরেন—ইমা ইমা—

ললিতা—ইবুংঙো নঙ লাক্লব্রা? ফরে লাইরিক্কু থমলুরো। অদুগা চরা রাম্থোক-ও।

বীরেন—ইমা! তু ঐগা মিঠাই (ঙসাই শ্যাম্না পীরকপা মিঠাই অদু উৎপা)।

ললিতা—মিঠাই কনানা পীরিবা?

বীরেন—অদুবুরো, লম্বীদা কাকাগা নিপা অমগা লৈরম্মী। মহাক অদুনা পীরকইবা।

ললিতা—কনানো নঙদি খঙদবা?

বীরেন—খঙদেবু। য়েংঙোই ইমা, নিপা অদু মকোইগকা শূম্‌ শাংই (মখুৎনা তম্বা) ইস্‌ কিগ্রে, অদু মিঠাই য়োনবনি হায়।

ললিতা—উম্‌—মিঠাই য়োনবা ওইরিনি।

বীরেন—অদুগনে ইমা মাননে, মাগী মচা মাল্লি হায়দুনা ঐবু কোল্লগা কপইবা। অদুদা ঐনা কিদুনা চেল্লকইবা! ইমা! মাগী মচা শিগ্রবো?

ললিতা—মচা মাল্লি হায়বা—! কনা ওইরিগবা ! ঐগী ঙসিগী মঙ অত্তুগা তল্লরিবা পাউ অসিগা ( মতম অসিমক্তদা শ্যাম্না মিঠাই য়োনবা শাদুনা লাউরকই )

শ্যাম—মিঠাই—মিঠাইরালা মিঠাই লৌবিয়ু। অঙাংশিংগীদমক্তা লৈরক খুল্লক্তা মিঠাই য়োনবা, মিঠাই লৌবিয়ু—।

বীরেন—তু ইমা, ( খুদোম্বী থিন্দুনা ) লাউরিসে, মিঠাই য়োনবত্থ অমুক লাক্লে।

ললিতা—মিঠাই য়োনবা ! অঙাংশিংগীদমক্তা···· ( খনবা )

বীরেন—ইমা ! মিঠাই লৈবিয়ু। তু আঃ চৎখে, কৌবিয়ু চৎখে।

ললিতা—ইমাদি পৈশা লৈতেনে।

বীরেন—তল্লি—কৈস্ত ঙম্মোই ঐদি, উপুদগী লৌখোকউ ( নিঙাই তৌবা )

কমল—( চঙলকই ) করি তৌরে ?

ললিতা—মিঠাই লৈবীয়ু হায়রিবা ?

শ্যাম—মিঠাই অঙাংশিংগী মিঠাই !

কমল—লাউরিবা অসিদগী ?

ললিতা—ওইরমাল্লে।

কমল—তোকও ! বাবা লৈবীরগে। ( মিঠাই য়োনবত্থ কৌবা ) মিঠাইরালা ! সোমদা লাকখো !

শ্যাম—( মিঠাই ময়োম অমগা লেম্বননা চঙলকই ) মিঠাই লৌগে হায়রা ? বাবু

কমল—অং মিঠাই খজিক্তা লৌহৌগে।

( ললিতা লোন্না মুন্না য়েংই, শ্যামসু য়েংই )

শ্যাম—( মিঠাই থর লৌথোক্লগা বীরেন্দা পী ) সে লৌ ! মিঠাইসে নঙগীনি ।

বীরেন—(লৌই)।

কমল মিঠাইরালা নঙদি কদাইদগী লাকপনো ? কান্না মণিপুরসিদা লৈবা মীরা ?

শ্যাম—( নোকমি নোকমি তৌনা খুমই ) বাবু·······কাছারদগীনি ।

কমল—নঙদি নুপী নহা লৈরব্রা ?

শ্যাম - অং অং, বাবু লৈ

কমল—অঙাংদি কয়া শুরে, ফম্মুনে ফম্মুনে, হায়, ফিদা অমতা থাবিয়ূসে ( ললিতানা ফিদা থাই )।

শ্যাম - অঙাং অনি শুরে—। অদুবু এনা লৈত-লায়রগী কোয়না চংলিঙৈদা ইচা নুপী অহল অদু লৈখিব্রে। ( ললিতা—চিংনবগা লোয়ননা শ্যামদা মুন্না য়েংই ) অদুগা অতোপ্পা অদুসু এগা লৈমিন্নবা ফংদ্রে।

কমল ও ! নুংশিদা, অদুদি নঙদি নরাইবক য়াম্না থীরেদনা।

শ্যাম অচুম্বনি বাবু লাইবক য়াম্না থীরে। ইচা লৈ, কৌবা ফংদ্রে। লায়রবদগী—অদুনা এনা অঙাশিংবু লুনা তৌজে ( মিঠাই অমসু পী ) সে সিসু লৌ ( পেরী পেরী তৌই )।

কমল—রারুন্নু ঈশ্বরনা তম্বনি। অমুক রাবা অমুক নুংঙাইবা হায়বসি মীওইবা এখোয়গা হৌনশানি।

শ্যাম—মানি বাবু ( মপি তৈথোকই ) ঈশ্বরনা তম্বনি। ফরে, অদুদি ঐস্থু হনজরগে ( হোগৎপা )

কমল—ঙাইখো ! নঙগী শেল পুখো ( পীবা )

শ্যাম—বাবু ! ইচা শরুবা অঙাংসিদা মিঠাই খর পীজবগীদমক্তা করিগী পৈশা লৌরুনি। মতুদদি ঙসিদি ঙাকপিরো।

ললিতা—( শ্যামবু চিংননা মিৎ কৃপ্তনা য়েংই )

কমল—ঙাইখোনে সে ! সি - লৌখো।

শ্যাম—( চৎনা চৎনা ) কোম্না লৌজরগে বাবু ( চৎখিবা )

কচল - সে-সে, পুখো ( তান্নখিবা )

ললিতা—( মুন্না য়েংলুরগা মরাইবক থীরবা মহাক অসিবু উরগা ঐগী পূক্লিংদা চিংনবা অমা পোকইবসি করিগীনো ? মহাক্কী রাঙাঙ শাঙাংশিং অসি তারগা ঐগী থমোয়দা তীং-তীং পাল্লি। নত্তে, মহাক অসিবু কনা ওইরিগবা ?

বীরেন—ইমা ! চাক চারগে ?

ললিতা—( ভাব লাক্কুনা ) ও ! চাক চারগে। চঙলো ইমুংদা ইমানা চাক খাকলম্বনি চারুরো।

বীরেন—( চঙখি )

( মতমসিদা তোচা লোম্না হন্না হন্না য়েংলুনা চঙলকই )

ললিতা—ইবুংঙো ! নঙ লাকইরা ? সে, সিদা ফমউ।

তোচা—ইতৈমা ! ঐ ফল্লরোই। ঐ খর থুম্নে।

ললিতা—করি তৌরবগে ?

তোচা—করিগুম্বা অমগী তাইবুংঙোবু নৈতবরা ?

ললিতা—হৌজিক্তা থোকখিবদা ঙায়রি। লাক্লনি করিগীনো?

তোচা—ইতৈমা! নহাক তাবদা থম্মোয় কায়বা য়াবা য়ানি। অদুবু হায়দ্রবদি ঐগী পুক্নিংদা নীংঙমহোদবা তারে। অঙ্গীস্থ মথক্তা ঙসিনা অরোইবা মুমিৎনি।

ললিতা—ঙসিনা অরোইবা মুমিৎ! নত্তে, ইবুংঙো করম্বা য়াকম-নোনে?

তোচা—ইতৈমা! তাচৌ হিংলি, তাচৌ শিদ্রিনে।

ললিতা—( ঙক্লা-খাই লাউনা ) করি? তোচা নঙগী তাচৌবু শিদবা, হিংলিবা? অদুদি কদাই নঙগী তাচৌদি?

তোচা—ইতৈমা! নঙবু, তাচৌবু মশক খঙদ্রবা! চহি ৫/৬ তা ঙায়রি উন্নদবা অদুগা তাচৌবু মশক খঙদ্রবা! হৌজিক্তস্থ ইতৈমাগী মাঙদা ·· ····।

ললিতা—করি ঐগী মাঙদা! অদুদি-হৌজিক্কী মিঠাইয়োনবা শাদুনা লাকপত্থ!

তোচা—মানি, ইতৈমা! তাচৌনি। ইতৈমা উনীংবদগী মিঠাই য়োনবা শাত্থনা চঙঙকপনি।

ললিতা—মানি হায়বা! মাবু হিংলিবা? ও··· ····হে···· ····ঈশ্বর! ননাইনা তারিবা, উরিবা অসিবু করিনো? শিখ্রবা ইপুয়োইববু হল্লক্লবা! অদুবু ঐদি!

তোচা—ইতৈমা! তাচৌদি হয়েং অয়ুক্তগী লাপ্না ঐখোয় পুন্নমকপু থাদোক্লমদুনা চৎখ্রগনি।

ললিতা—করি? মহাকপু হয়েং চৎখ্রগদবা লাপ্না! অদুগা তোচা

নঙন। করিগী ঐঙোন্দা হান্না খঙহন্দ্রিবনো ? নঙনা ইতৈমবু নুংশিদ্রব্রা, হায়দু ।

তোচা—(নুংঙাইতনা) ইতৈমা ! করিগী ইতৈমবু নুংশিরোইদৌরিবা ইতৈমা ! তাচৌ ঙরাংদা লাকপনি। মানা কনা অমতা খঙহনবা য়াদে হায়বদগী ঐনা ইতৈমদা তাক্লবনি। ঐনা হৌজিক লাকইবা অসিস্থ তাচৌ খঙবা নত্তে লোন্না লাকইবনি।

ললিতা—ও !.... হৌজিক করি তৌগনি। ঐগী উপায় ক'র লৈরি। হে ঈশ্বর ! ননাইবু লৌশিনবীরো, ননাইগী গতি লৈজদ্রে।

কমল–( মনুংদগী ) হৈ, তোচা ! নঙ লাকইব্রা ( চঙ্লকই )।

ললিতা—( খঙহন্দনা মপি তৈথোকই )।

তোচা—অহোয়, তাইবুংঙো লাকচরম্মী।

কমল—করি তৌরে নঙদি হন্দক মরক ইরাক লাকরবদি ? নঙগী তাচৌ লৈত্রে হায়দুনা ঐখোয় ফাওবা মীরাইরব্রা ?

তোচা—এ—তাইবুংঙো করিগী মীরাইরুগদগে ? লৈত-লায়রগী স্থম তোৎনবদা খুদোং চাদবদগী তৌজবনি।

কমল—ফরে ফরে, ফম্মুনে, করিনো লেপ্পীবদি ?

তোচা—য়ারনি তাইবুংঙো ! চৎচরগে হায়দুনা তৌবনি। ( ললিতা চঙখিবা )

কমল তোচা ! ঐ রা অমা হায়গে, নঙনা ইয়াম্বু করিমতা নুংঙাইতবা রাখল তৌগনু। মমাংদৈঙগী কমল অদু

নত্রবনি, হৌজিক্কি ইয়াম্মা ভাব তারেবো।

তোম্বা —এ, নত্তবা রাখল করিমত্তা লৈজবে। অদুদি তাইবুংঙো নুমিৎসু তাখে—ঐ য়োজরগে।

কমল—ও! নঙ য়েরগে থাখবা......করে, য়োরো অদুগা মরক মরক্তা হেক চংথোরকউ।

তোম্বা —( চৎনা চৎনা। লাকচনি তাইবুংঙো চৎখিবা )।

কমল — ( তোম্বা চংখিবা মাইকৈদা য়েংলুরগা। ) উম্ পুম্নমক তারে, লোইনা ঊরে। ( খনবা ) হৌজিক ঐনা করি তৌগনি। ঐনা অন্দক তৌরিবা থবক অসি ওন্থোক্না লানখ্রে দা। ( চৌকিদা ফমই ) মীগী মচাবু ইচা শারুবা মীগী নুপীগী শ্রীগী ওইরুবা ঐ অসি ওন্থোক্না লানখ্রে দা। (রাখল খল্লি) ঐগী পুক্নিংগী শান্তি অমুক লৈররোই-ও ..

খোঞ্জেল—কমল! নঙনা শান্তি ওইগদবদি মাবু পেন্নবা তৌবা। খল্লু! মীগী নুপীবু নঙগী নুপী ওইরুবা অদুনা নঙনা চোম্না ঈকাইবা, অরাবা ফংবগী নত্রা? খঙউ মথংক অদু ললিতাগী অশেংবা মপু রোইবনি।

কমল—( ক্রান কাদনা ) চুমই ঐনা লানবনি। পুম্নমক অসি ঐনা থোক্নহনবনি। ঐনা হৌজিক করি তৌনীংঙাই লৈরি? ঐ লৈফম খঙদ্রে। (মর মপি কোল্লি তৌফম খঙদে)

খোঞ্জেল—কা-কা....নঙনা হৌজিক তৌগদবদি মাবু পেংনবা মফমদা কাংপা, মাবু সংসারদা লৈহনদবা অদুনা নঙগী লক্ষীদা অপনবা লৈরোই। অদুনা মাবু থাংলু! মাবু হাংলু।

কমল—মানি ঐনা মাবু হাৎকনি। ঐনা মাবু হাৎকনি। ( মশা থক থক নীকই, কম্বদগী ফুক হৌগৎলি) ঐনা মী হাৎপা! মাবু ঐনা হাৎপা! (খনবা) মী হাৎলগা ঐনা করি ফংবা! জেল নত্রগা ফাঁসি অদুদি.........

খোজেল—হা-হা! নডনা মাবু হাৎপা ভমত্রবদি নডগী থরাই কথোকপা, নডগী থরাই থাবা, মদুনা নডগী শাস্তিনি।

কমল—( নাকোং মেল্লগা খাডডমদনা ) ও! ঐ থাডবা ভমত্রে। ঐগী থরাই কৎথোকপা, ঐগী থরাই থাবা, ও! ( খনবা ) মদুনা শাস্তি! মানি, মদুনা-ঐগী তৌরুবা কলগী মহৈ ওইগনি মদু ঐনা শোয়দনা পাডথোকনি। ঐনা পাডথোকনি ( চৌকিদা ফমই কলম চে, পায়রে খল্লি অদুগা রাহৈ থর ইরগা টেবল মথক্তা থমলে) হে ঈশ্বর! অরোইবা খোডচত্তা মীওইবনা চুম্বগুম হৌজিক্তি ননাইগী লম্বী চুমথোকচরে। ননাইবু লৌশিনবীয়ুকো ননাইনা লানথিবা পুন্না ভাকপিকম থোক্লবা নহাক্না ভাকপিয়ুকো। অপাম্বা, মীহৌবা, কল্লকপা অমদি শেলগী মম্নাইনা কূপখিদুনা নহাকপু মতম থর কাউরুরে। চডজরক্লবা ননাইবু ভাকপিয়ুকো।

—লাইট ওফ—

২ শুবা শরুক

৬ শুবা উৎপা

মফম—শ্যামগী য়ুম

( অয়ুক অঙনবনি। উচেক রায়া কয়াম্ন হরাওনা খোংলি। মতম অসিদা তোচা চেখর পায়রগা শ্যামবু কৌত্নুনা হরাওনা চঙলকই )।

তোচা—তাচৌ ! তাচৌ ! (চেনশিল্লকই) তাচৌ ! (য়েংই) ঐ লাক্লে, হৌগৎলো য়েংঙাই নহাক য়ুম অসি থাদোক্লুনা কদৌ-ডৈদম্ন চৎলরোই। তাচৌ নঙবু তুমলিরা ? হৌগৎলো ! নো ঙাল্লে। তাচৌ ! ( কৌবা ) নত্তে তাচৌবু লৈতরনে ? খুম্মকত্রিবসিবু ? নত্তে মহাকপু চৎখ্রবা জাংলা ? ও, ঐনা জাৎ তিন্নদবা মীশক অমা ওইবনা ইমুং চঙবা য়াদ্রেদকো। মদুবু ঐগী তাচৌনা ঐনা কৌবা তাবদা তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্লোই। তাচৌ ! ননাও তোচা লাক্লে, ( কপ্পীং কপ্পীং তোই ) নঙবু কদাইদা লৈবগে ? ( কৌই ) তাচৌ ! নত্তে, ঐগী তাচৌ লৈরে, ইমুং মন্নুংদা করিগুম্বা নুংঙাইতবদগী—নত্তে নত্তে, মদু ওইবা য়ারোই। তাচৌ তাচৌ........নত্রগা অরাপ্পদা চৎকনি হায়বদুনা মহাক শোয়দনা চৎলম্বা ত্তারে ! ও ! তাচৌ ! নঙনা ঐবু জাৎ তিন্নদবা ননাওনি খন্দুনা ননাও ঐবু তাক্লমদনা শোম্না চৎলবকো ! করি তোই। ননাও ঐবুদদি তাকপিরম্বা য়াত্রা, নঙগীদমক ঐনা পুরক্লিবা নুংঙাইরবা পাউ অসিদি

অরেম্বদা মাঙবা তারবা ! ও ! পুন্নমক অসি অরেম্বদা তারবা ( কপ্পা )।

( মতম অসিদা ললিতা মচানুপা বীরেনগা লোয়ননা চেল্লকই )।

ললিতা—কনানো ? তোচা ! নঙ 'সিদা।

তোচা—ইতৈমা ! নঙস্থ—।

ললিতা—ঐ নহাকপু অমুক্তা উন্নজকৌগে হায়দুনা চেল্লকপনি।

তোচা—তাইবুংঙোদি ?

ললিতা—খঙদ্রে, ঙরাং অহিং থোকখিবদগী হল্লক্তি, অতুগা টেবল মথক্তা চিঠি অসি লৈরমই।

তোচা—কদায় ( লোবা পাবা ) ইতৈমা ! মসিদি তাইবুংঙোনা ইরম্বনিনা !

ললিতা—করি হায়রিবা ?

তোচা—(পাবা) ললিতা ! ঐ নখোয়গী নফমদা য়াম্না লালখ্রে। লাকইবা নিপা মিঠাইয়োনবা অদু নঙগী নপুরোইবা অশেংবা শ্যামনি। অদুনা শিগদবা লৈববা মীওইবগী পুন্সিদা ঐ অমুক নখোয়দা য়েৎনীংদ্রে। অদুনা ঐনা নখোয়বু থাদোক্লমদুনা চৎলবনি। ঐবু অমুক থিরক্লগনু। ঐদি নখোয়না থিবা ফংগদবা মফমদা লৈত্রবনি। ঐনা লানখিবা পূন্নমক নঙ অমসুং শ্যাম্না ঙাকপীয়ু ! নখোয়গী য়াইফ-নুংঙাইনবগীদমক্তা ঈশ্বরদা ঐনা নিজরি— ঐবু ঙাকপীয়ু—

নখোয়গী কমল।

তোচা—ইতৈমা— !

ললিতা—তোচা! করি রানো তারিবা রা অসিবু?

তোচা—ইতৈমা! ঐঙোন্দস্ত ছরাং অংহং ঐবু হৌদোক্লগা চিঠি অমগা চে অসিগা পীরম্মী। অদুগা চে অসিনা দলিন্নি হায় লুপা খরস্ত ঐঙোন্দা পীরম্মী। মানা চৎলম-দাইদা হায়রমী—'তোচা! নঙ ইমাম্বু রাবোগনু' হায়রগা অদুম চৎখ্রে। ঐস্ত ইঙক ওক্না নৈতৌরগা কোম্না পাদুনা য়েংবা মতমদদি মতক খিবা ফংলোইদবা মফমদা চৎখ্রে হায়বসি খঙলে। অদুবু ইতৈমা লম্বী পুম্নমক খিংলবা মতম অসিদা তাচৌস্ত নৈত্রে। মফম অসি থাদোক্লুনা চৎখ্রমালে।

ললিতা—করি— নঙগী তাচৌ নৈত্রবা। নত্তে, তোচা! মহাক্তি কদায়দা চৎখ্রবা।

তোচা—ইতৈমা! নঙ ইমুংদা চঙুনা অমুক্তা য়েংবীয়ু

ললিতা—তা— মাবু ইমুংদা! ঐ য়েংগে (ইমুংদা চৎখি কৌই) ইবুংঙো! নঙবু কদায়দা নৈদগে? নৈত্রে থোরকপা) তোচা! নয়াম্বা নৈত্রে, শোয়দনা চৎখে ও! ঐনা করম্না তিংহুনা নৈবা— কৈদোবগে ঐগী ইফমদা রা অমতা ওইরবস্ত পাওমেয়না চৎকবদি শিরবস্ত পেনগ-দবনি। অদুবু.... ....

তোচা ইতৈমা! কপস্ত তোকও, ঐ তাচৌবু দিবা ফংদ্রিবা ফাওবা য়ুমদা হল্লরোই। অদুগা ইতৈমা য়ুম অসিদা

চঙ্দুনা লৈবীরম্মু। ননাগনা অমুক্তদি সেবা মপুংফানা তৌজরগিগে (বীরেনদা) বাকাগী ইবুংঙো- ক বাদি নঙগী পাবুংবু ফংদ্রিমখৈ হল্লক্লরোই। নঙ লাইরিক বন্না তম্মুকো—। ও! ঐবু জাং ঙিম্নবনি খন্দুনা পোকমিন্নবা ননাওমক্কুম লোয়নজবনি, ইতৈমা! ননাওনা বীদায় নিজরি—(কপ্না কপ্না) ঐ তাদৌবু পোয়দনা পুরক্কনি।

ললিতা—ইতৈমগী ইবুংঙো! তোচা! (কপ্না কপ্না) (মতম অসিদা শ্যাম চঙলকই)।

শ্যাম - তোচা কদাইদনো?

তোচা—(মুন্না য়েংলগা পিনা খাম্না য়াদনা তাবক্লি, শাঙনা ঙম-দনা ময়াম্বু চেনশিন্দুনা কোল্লি) তা.চা! নঙনা করিগী ননাওবু থাদোক্কুনা চৎলি! হায়য়ু! ননাওবু থাদোক্কুনা চৎলরোই হায়না।

শ্যাম—ইয়াম্বগী ইবুংঙো। ইয়াম্বনা করি হায়রসিগে! নঙনা কৌবদু অরাপ্পদগী তায়—ইনাওগী মফমদা বীদায় পীরমদ্রে ঐগী ইনাও. পুক্লিংদা রারৌখিবা তারে হায়দুনা ইয়াম্বা নঙগীদমক্তা হল্লকইবসিনি ইনাওবু করিগী থাদোক্কনি! নঙনা খঙলিবদু মঙাই।

তোচা - য়েংউ, ইতৈমা অমস্তুং বীরেন লাইনা য়ুম অসিদা লাক্লে।

শ্যাম—( ঙক্না য়েংই )

ললিতা—(শ্যামবু মুন্না য়েংজে—কৌবা ওমদে, মুন্না য়েংলগা শ্যামগী মখোঙদা চেনশিন্দুনা কোনজে)।

শ্যাম—(খাঙবা ঙমদনা) ললি—!

ললিতা—ইবুংঙো! ননাই মুপীবু ঙাকপিয়ু—

শ্যাম—হৌগৎলু, নঙনা করিগী লানগদগে? পুন্নমক ঈশ্বরগী লিলানি।

তোচা—তাচৌ, ইতৈমবু দোষ তৌবিগনু—য়েংউ, চে অসি অদুগা অমনা ইতৈমদা থমলম্বা চেনি (চে লোইনা পীবা) মসি থম্লম্লগা তাইবুংঙো অদু অহিং থোকখিবদগী হল্লক্কে।

শ্যাম—(পাবা) তাইবুংঙো, নঙগী থম্মোয়না অদু য়ৌখ্রবা! চে অসিনা ঐখোয়গী য়ুম ইথোলগী দলিল্নি।

ললিতা—(মচাদা) ইমাগী ইবুংঙো! নমাঙদা লেপ্লিবা অসি নঙগী নপানি, লাও নপাবু খুরুমউ। (মচাবু পুশিল্লকপা)

শ্যাম—(মচাবু চেৎনা কোল্লগা) ইপাগী ইবুংঙো! নঙনা ঐবু মিঠাইরালা হায়বদু নঙবু পোকপা নপা ঐনি। ইপাদি ঈশ্বরগী থৌইনশিন্না চহি কয়া কয়া রানা লেল্লুরে। পুন্সি অসিদা অরা মুংঙাইবগী লালফম কয়া থেংনরুরে! নঙ ইপাবু মুংশিন্ত্রা?

বীরেন—বাবা—

শ্যাম—মতম অসিমক্তদা ঐগী ইচামুপী শান্তি! নুহাক্তগা ইপাগী নাক্তা লৈরমলবদি পুন্নমক অরাবা কোকদবনিকো—ফরে, পুন্নমক হৌখ্রে, মুংঙাইরে, ঐ রাররোই।

তোচা—মুংঙাইরে, ঙসি তোচা ঐনা নীংবা থুংলে, মতম কুইনা কাম্নরুরবা ঐগী আশা, ঙসিদি মপুং ফারে!

শ্যাম—তোচা! নঙগী লমল অসি ইয়াম্বনা করম্বা ক্যান্দা শিংবা ঙমগনি ?

তোচা—ময়াম্বা অমগী মফমদা, মনাওগী লমল, অমুক করি লৈগনি? তাচৌ! ননাও ঐনা পামজবদি মতম থুদিংমক্তা জাৎ তিন্নদবা ওইরবস্তু পোকমিন্নবা ননাও অমনি হায়বসিদদি খনবিয়ুকো তাচৌ।

শ্যাম—( মুংশিনা মনাওবু চেৎনা কোনবা ) তোচা·· ············ ইয়াম্বগী ইবুংঙো!

— লাইট ওফ —

লোইরবা